ইংশোক . ১-৬২গী Children's Book Competition দা অনিশুবা মনা ফংগ্রবা—

# মশক তাকপা

ইজবা
নোংমাইথেম কুঞ্জমণি সিংহ
বাংখৈ থুনৌ, ইম্ফাল

 [ মমল লুপা ২.২৫

# ৱাহৌদোক

"পৃথীবীগী অকোয়বদা মী পাইহনগ্রে" - রুসিয়ানা।
"থাদা রোকেট কাপগ্রে" আমেরিকানা।

অসিনচিংবা পাওনা পৃথীবীগী মফম খুদীংমক্তা শিনবা থুংনা শন্দোক্লগ্রবা-চাওখৎলবা বিজ্ঞানগী মতম অসিদা ঐখোয়না ঐখোয়গী অকোযবদা লৈবিনা, খুমিৎ খুদীংগী মশক উবিবা অমসুং শীজিন্নবিবা পোৎশিংবু মশক খঙদনা নিঙাইদনা লৈথোকপা চুমদ্রে হাযবা ৱাখল্ অসি খনজরুবদগী "মশক্ তাকুপা" হাযবা লাইবিকমচা পাসি ইজৈ। লাইবিক মচা অসিদা ঐখোয অযাম্বনা খুমিৎ খুদীংগী উবিবা অমসুং শীজিন্নবিবা পোৎশিংগী মশক—মপুংমক ফানা ঙমজদ্রবসু—খব খবগী মথৈতংদি উৎপা ঙম্নবা হোৎনজৈ। খুদম ওইনা হাযববদা— শিংলিবা মুংশিং, ঙাল্লিবা মঙাল, তাবিবা নোং, শাৎলিবা লৈ, পাইবিবা উচেক—অসিনচিংবগী মবমদা নৌবিবা অঙাংগী ৱাখলগা চুননবা হোৎনজৈ। নৌবিবা অঙাংশিংনা পিকলবা লাইবিকমচা অসি অমুক অমুক্তং পাবিববদি হোৎনজমন মহৈ যাল্লে হাযনা খনজগনি।

অবোইবদা, লাইবিক মচা অসি ফোংনবগী মবোদা পুকচেল চাওববা মনিপুব সবকাব ( Education Directorate ) না পীনবিবকপা মতেঙ অতুগীদমক লেখকনা হন্না হন্না তৌবিনল খঙবা উচ্চবি।

ইম্ফাল্
তাং ১।১।৬৩ ইং

কুঞ্জমণি সিংহ

# য়াওফম্ তাকপা

# মশক তাকপা

## মঙাল অমসুং মমি

অয়ুক খুদীংগী নুমীৎনা মায়কৈ অমতদগী থোরক্লি। আতিযাদা, যেৎওইনন। ঐখোযগী কোকথক্ লান্না চৎপ্রগা, থোরক্লিবা মায়কৈগী ওন্ন-তৈনবদা তাখি। মসীনা থোক্লিবৈগী মতমদা অয়ুক-নুংথিল ওই; তাখ্রগা নুমিদাং ওইরকই।

নখোয়না অয়ুক অঙনবদা হৌগৎলবদি নোংমগী অহৌবা শব্দক অচু উবা ফংহৌগনি। অহানবদা মমৃলি মমৃলিবা মঙাল থোরক্কনি অমসুং মতুংদা খরা খরা ঙান-থোক্লক্কনি। অমম্বা শব্দক্ মাঙখ্রগনি। নুমীৎনা অচৌবা মৈগী বোল্গুম্না লোৎলম্বদগী চোংথোবক্লগনি। উফে-থক্তা তোংদুনা তুমলম্বা উচেক্শিংসু মিকপ থোরক্লে। মখোয়গী নুংশিরবা খোঞ্জেলনা অয়ুক্তা পুমৃনিল্ নিঙরে। মীশিংনা তুমলম্বদগী হৌগৎনরক্লে। য়াহৌ ঙনবা কাওবুনা সড়ক্তা চৎপা উরক্লে। অনৌবা নুমিৎ হৌরক্লে।

নুমিদাংবাইগী মতমদা নুমিৎনা তাখিবা য়েংবা নুংঙাই। তপ্না তপ্না লুপথিদুনা নুমীৎনা ঐখোয়গী মীৎয়েংদগী

মাঙখি। ঙাল্লম্বা পূম্বা মমশিল্লক্লে। নুমিদাংবাইরমদগী নুমিদাং ওইশিল্লক্লে। নোংমগী নুমিং লোইশিল্লকলে, ভুম্বগী মতম ওইরক্লে।



মায়কৈ লেপ্পা

নুমীৎনা থোরক্লিবা মায়কৈ অদু "নোংপোকনি" তাখিবা মায়কৈনা "নোংচুপনি"।। নঙগী য়েৎথঙবা পাম্বোমনা নোংপোক্তা অমসুং ওয়থঙবা পাম্বোমনা নোং-চুপ মায়কৈদা তিংথোক্তুনা লেপলবদি, মায় ওল্লিবা নাকননা অরাংনি— তুংথংবনা মথানি। সমক্রুদা ঙা

ফারিবা হুমশিং অমসুং লৌবুক্তা লৌ খোইরিবা লৌ-উবশিংনা মতৌ অসুমতৌনা মায়কৈ লেপ্পী।

নুংশা মঙালদা নত্রগা থাওমৈ মঙালদা চৎপা মতমদা নওগী নমিনা নঙগা লোয়ননা চৎলি। মতৌ করম-তৌনা নুমিৎকী খোংচং মতুংইন্না মমিশিংনা শাং-দোকলিবনো নত্রগা তেনশিল্লিবনো হায়বা অসি নখোয়না খংবা ওমলব্রা? নুমিৎকী খোংচং মতুংইন্না মমিগী মায়কৈসু হোংলকই।

লমহাওদা চৈ অমা যুংলো। চৈ মতোনগী মমি অদু নুংডুম অমা নত্রগা তেম্পাক্লৈতুম মচা অমনা নন্দুনা তাকুউ। মদুগী মতম্ ইশিলহৌ। অসুমতৌনা পুং থরগী মনুংদা তারকুলিবা মমিগী খেন্নবশিং অদু থংজিলহৌ। মথংগী নুমিত্তা নংনা থনমলিবা নুংডুম নত্রগা তেম্পাক্লৈতুমশিং অদু য়েংউ। মমাংগী নুমিত্তা তৌখিবগুম্, মমি অদুনা, মতম চপচানা, থনমলিবা নুংডুমশিং নত্রগা তেমপাক্লৈতুমশিং অদুগী মথক্তা তাবরা য়েংউ। নংনা যুংলিবা চৈগী মমি য়েংডুনা মতম লেপ্পা ওমনবা হোৎনৌ।

মতৌ অসুমতৌনা নঙগী মকাপকী মমি য়েকউ—

চেবাং অমা ফকলাংদা নপলো। নংগী মরূপপু মনাক অদুদা লেপহল্লু। অতোপ্পা নাকল্ অদুদা থাওমৈ অমা

থান্দুনা থম্মু। অসুমতৌনা মাগী মমি অদু চেবাং অদুদা তাহল্লু। চেকশিন্না মাগী মমি অদু য়েকউ। য়েকলিবা লাই অদু নঙগী মরূপশিংদা য়েংহল্লু। নিংথিনা য়েকলবা মমিশিংবু ফকলাংদা থেত্তুনা থম্মু।

খুংকী মমি শাউ

নঙনা নঙগী খুবাক অমসুং খুৎশাশিংবু হাইদোক হাইজিন তৌদুনা ফকলাংদা মখল মখা অয়াম্বা মমি তাহনবা য়াই। য়াম্না ফজবা মমি থোকহন্নবগীদমক অঙানবা নুংশা দরকার ওই। নখোয়না মতৌ তম্বদা নুংঙাইরবা নিয়ম খরা মথংগী লমায়দা উৎলি। মখোয়শিং অসি হোৎনরবা মতুংদা নশাগী ওইবা নিয়মশিং পুথোকউ। মদু নখোয়দা থোইনা নুনা থোকলোই।




<u>খুৎকী মমি শাবা</u>

(১) হুই (২) শজি (৩) শওম্ (৪) হৌদোং (৫) কুরাক্ (৬) খাজৌ (৭) চুকউ থকুপা নিপা।

## ঋতু অহুম

ঐখোয়গী লৈবাক্তা তোঙান-তোঙানবা মখলগী ঋতু অহুম লৈ। মখোয়শিং অদুদি—কালেন থা, নোংজুথা অমসুং নিংথমথা অসীনি।

কালেনথাগী মতমদা অতিয়া অসি তশেং তশেংই। মসি য়াম্না শাই। মরম অসিনা ঐখোয়না উগী উরুম্ পাম্ই। অপাবা ফি-রোল্ শেংনৈ। পংখ্যানা ঐখোয়গী কোকথক্তা অতংপা লৈতনা হুমই। মীশিংনা হুমাং য়াম্না শৌই। ঈশিং খৌরাংই। পাম্বীশিংসু য়েংবদা য়াম্না চোক্থনা উই। মখোয়গী মনাশিং অদু অতংপা লৈতনা কেল্লি।

মমৈথঙদা স্কুল কাবদা য়ামনা শাবা মতম ওইরক্লে। অস্থম্তৌনা কালেন ছুটি থানরক্লে।

চয়োল থরগী মতুংদা অতিয়াদা অমুবা লৈচিল্ পাইরক্লে। নোং চুথরক্লে। অহানবা চুখিবা নোংগী মতুংদা নমলক্লিবা মনম্ অদু কয়াদা নুংশিপ্রবনো। কালেনথা লোইখ্রে। নোংজুথা চংলক্লে। হৌজিক্তি কয়াদা খেন্ননা উরবনো?



লশিং মফোল মানবা লৈচিল্ ঋুমদাং লৈচিল্

অপাবা লৈচিল, অথাবা লৈচিল অমসুং য়ামনা মুরবা লৈচিলগী মপৈনা অতৎপা লৈতনা অতিয়া অসি কুপ শিল্লি। নোং মরক্তা লোত্তুনা লৈখ্রবা নুমিৎকী মফমসু খঙবদা ৱারে।



কালেনগী লৈচিল্ নোংজুথাগী লৈচিল্

উফুল্ হৌবম্বা সড়কশিং লৈখোম্ ঙাক্তা ওইখরে। কোলাস তৈবা লম্বাস্থু থোইন-হেন্না নানখরে। লম্বীগী মতি মতিনা লৈরিবা ঈতুংফমশিংনা-মিংশেলগী মতৌগুম্—ঐখোয়গী ঈশক্ উৎলি। উনাশিংদগী অতৎপা লৈতনা তারক্লিবা নোংচুমশিংনা পাম্বীগী অকোয়বদা অপিক্ অপিকপা ঈতুংফম্ শেমলি। লমহাঙ খুদীংমক্ নাপীতনা কুপখ্রে। ইংখোল্ কোইবা মীশিংনা পাম্বীশিংবু ঈশিং চাইবগী মহুত্তা মফম্ খুদীংমক্তা হৌগৎ-লক্লিবা নাপীশিং অদু ফোয়দোক্পদা মতম্ লেল্লে। লিলশিংনা লোংলম্বদগী থোরক্লে। নুমিদাংগী মতমদা হঙোইশিংগী খোঞ্জেল তারক্লে। থাওমৈগী অকোয়বদা পাইরিবা তৌলশিংগী মশীংস্থু ঙমখে লৈতনা হেনগৎলক্লে।

নোং খোংবা তাবে; নোংথাং কুপ্পা উরে। নোং-নুংশিংনা অমাও অতা থোক্হল্লে। পাম্বীদগী তেক্থ-বক্পা উশানা সডক্ পিক্ থনখ্রে। অপিকপা খাংপোক্-শঙ হুমদেকখ্রে। তুরেলশিংনা মপাল থুম্না চেল্লে। করি করিগুম্বা মতমদা সডক ফাওবা ঈশিংতনা কুপলি।

ঐখোয়না স্কুল কাখিবা মতমদদি আতিয়া অসি তশেং-তশেংই। তৌইগুম্বস্থুং ছুটি থাবা মতমদা-কাংশিনা অরোয়বা পূংফম য়ৈরক্লবদা অতৎপা লৈতনা তারক্লিবা নোংনা ঐখোয়বু স্কুলদগী চৎহলদে। কনা অমতনা নোং চুগনি চুরোই অরেপ্পা খঙবা ঙমদে।

অমম্বা, অমুবা নোং পুবা লৈচিলগী মচুনা অঙৌবা, অপাবা ওইরকপা উবদা ঐখোয়না নোংজুথা লোইরে হায়না খঙনৈ। হৌজিক্তি নিংথমথা ওইরক্লে। ঈতুংফম পূম্নমক কংখরে। ওন্না নুমিৎ তাবনা শান্নবগী মতম তেল্লকলে। য়াম্না থুনা নুংশিৎ অসি ঈংশিল্লক্লে। ঐখোয়না অরুম্বা ফিরোল শেৎলে। অঙ্গংবা নুংশিৎ শীৎলক্লে। অঙ্গংবা ঋতুগী ময়ায়দা অনৌবা চহি হৌরক্লে অমসুং মসিগা লোয়ন-লোয়ননা ঋতু অহুমসু অমুকহন্না ওই-রকখিগনি।

নোংওন লীকলী (রেন-গজ) অমা শাউ।

অথুবা মঙক পানবা লীকলী অমগা লারৈ অমগা লোরো। লীকলী অদু মনিং পাকপা লীকলী অমা ওইহল্লু অমসুং লারৈগী মচিল অদু লীকলীগী মঙক্তা চপচানা থিংজিনবা য়াহল্লু। য়েকলিবা লাই অসিদা তৌরিবা অসিগুম্ লীকলী অমসুং লারৈ অনি অদু পূল্লপ পূনশিল্লো। মদু নোং চুবদা য়োগ-দবা অহাওবা মফম অমদা থম্মু। নোং চুরিঙৈগী মতমদা



নোংওল লীকলী অসি শাউ

নোংমা চুপ্‌না ঈশিং য়াও। হৌজিক্তি ইঞ্চি টেপ অমগী মঙেংনা লীকলী অদুদা য়াওরিবা ঈশিং অদু ওন্থোকলো। মসীনা নোংমদা ইঞ্চি কয়াগী নোং চুবগে হায়বা অদু তাক্লনি।

---

## শীৎলীবা নুংশিৎ

মফম্ খুদীংমক্তা ঐখোয়গী অকোয়বদা নুংশিৎ লৈ। খুৎ হাঙবা মতমদা ঐখোয়না ঐখোয়গী অকোয়বদা নুংশিৎ লৈ হায়বা খঙবা ঙম্মী। নুংশাঙ্গর হোনবদা নুংশিৎ অসি ঐখোয়গী হকচাং মনুংদা চিংশিল্লি। মসিদগী ঐখোয়না নুংশিৎকী মনম্ লৈতে হায়বা খঙবা ঙম্মী। উবা ফংদবা মরম্না ঐখোয়না মসিগী মচু লৈতে হায়নৈ।

করি করিগুম্বা মতমদা নুংশিৎ অসি য়াম্না তম্মী। নুংশিৎনা মফম অমদগী মফম অমা তান্না চৎপবু ঐখোয়না "নুংশিৎ শীৎপা" হায়না খঙনৈ।

নুংশিৎকী মশক উবা ফংদে। তৌইগুম্বমুং নুংশিৎনা করি তৌরিবসে হায়বা অদুদি উবা ফংই। কন্না শিৎ-লরুবা মতমদা মখোল অমত্তু ফংই।

ফিরোলশিৎনা নুংশিত্তা পাই। চাক্লিবা মৈগী মৈখুমু নুংশিৎ মায়রম ইন্দুনা পায়রি। ঈশিংদা তাও-

রিবা হিশিংনা নুংশিৎ শীৎপা মায়কৈদা চেল্লি। তেলাঙ্গা-শিংবু অতিয়াদা পাইহল্লি। নারক্তা শীৎপা নুংশিংনা উনাগী মখোল্ থোক্‌হল্লি।

ঈংনা তপনা শীৎপানুংশিংপু "নামিবা নুংশিং" কৌই। করি করিগুম্বদা নুংশিং য়াম্না কন্না শিংলি। অসুমতৌনা নোং—নুংশিংনচিংবা থোক্‌হল্লি

নুংশিং মপী (রেডর-কোক্) না নুংশিং মায়রম তাক্‌পদা মতেং পাংই। মখোয়শিং অসি মহৌশানা অল্লাংবা মফমদা থমনৈ। নুংশিং মপীগী মতোনথংবা তেনজৈনা নুংশিং শীংলক্‌পা মায়কৈরোমদা থিল্লি; মতুংথংবা শরূকনা নুংশিংনা চংথিবা লম্বী তাক্‌লি।

লৈমায়থক্তা নুংশিং কন্না শিংতে। অল্লাংবা মফমদা নল্রগা উতোন্দা কাথংলবতদা নুংশিং কন্না শীংলি হায়বা খঙবা ওম্মী।

কন্না শীংলিবা নুংশিংকী মায়োক্তা চংপা য়াম্না খুদোংথি। অকনবা নুংশিংকী মায়োক্তা লমজেল তাঙ্গদুনা শাম্নবা থোইন-হেম্না নুংঙাই। নুংশিং মরক্তা ছাতিন তুপ্না তারবদি—নুংশিং শিংলক্লীবা মায়কৈদা ওনশিন্দুনা ছাতিন পায়বা তাই; নল্রবদি ছাতিন অদু মথক্-মখা ওন্থোকখিবা য়াই।

নখোয়না কবিগুম্বদা লৈচিলশিংনা পাইরিবা মফম অদু য়োকরব্রা ? অপিক্পা লৈচিলশিংনা আতিয়াদা থুনা যাওনা পাই। অচৌব লৈচিলশিংস্থু পাইরি। অচৌবা অমস্থুং অপিক্পা লৈচিলশিংনা মায়কৈ অমতদা পাইরি। খব খবা ওইনা মখোয় পূম্নমক তিনশিন্নবক্লি। আতিয়াদা পাইদুনা লৈবা ঙমশিল্লকত্রে; খরা খরা লূমথরক্লে। অস্থুমতৌনা লৈচিল্ অমুবা ওন্দুনা নেমথরকই। মসিনা নঙগী কোক্থক্তা থোক্লববদি নঙনা লৈরিবা মফম অদুদা নোং চুথরক্কনি।

অচৌবা নোংলিক্শিংনা লৈমায়থক্তা যামনা থুনা পাইথরকই। মমৈথংদা খরা খরা পীক্শিল্লক্তুনা অপিকপা নোংলিক্ ওইরকই। মতৌ অস্থুম্না অমুবা নোংশিংনা লৈমায়থক্তা তারক্লি। অরাংবা নোংশিংনা অঙৌবা লৈচিল ওইনা পাইথ্রি। অরাংবা চীংগী চীংদোল্ য়োরকপদা-খরনা লাম্থোকতুনা পাইখি, খরনা নোং ওন্দুনা তারকই।

চীংদা তাবা নোংশিংনা অপিক্পা ঈচেল মচা থোক্হল্লি। পিক্লবা ঈচেলশিং অসি পূনশিল্লগা অচৌবা তুরেল ওইরক্লি।

ঐখোয়গী কোক্থক্ লান্না পাইথ্রিবা লৈচিলশিং অসিনা তুরেলগী ঈশিং ওইরক্কদোরিবনি হায়বা অসি খল্লুবদা ঙক্ত্রা ?

**মুংশিংমপী অমা শাউঃ**

য়েকলীবা লাই অসিদা উৎলিবা অসিগুম্না চেথা মচেৎ অনি য়াৎথৎলু। অহাওবা মৈখেৎ উপু অমা লোৌরো অমসুং মতুগী খেৎফম্ ওইরিবা নাকল্ অনি অতুদা মথুল অনি



হুৎলো। য়াংথংলবা তেনজৈগী শরুকশিং অদু মৈখেৎ উপু অদুগী তুংথংবা মায়কৈদা থেৎচিল্লো। নাকন্দা হুৎখি্রবা মখুল অনি অদু ফাওনা য়োংপী অমা থিংজিন্দুনা নুংশিৎ মপী অদু রাতোন অমদা থেৎচিল্লু। অতোপ্পা চেথা মচেৎ অমা কোয়রপ কোয়না ককথৎলো। মদুদা নোংপোক, নোংচুপ অমসুং খা, অরাং থারগা নুংশিৎ মপী পুরিবা রাগী মখোঙদা থেৎচিল্লু। হৌজিক্তি নঙগী নুংশিৎ-মপী অদু নুংশিৎ শাৎপদা য়োগদবা অরাংবা মফম অমদা থমলো।

শীৎলক্লিবা মায়কৈ য়েংদুনা নুংশিৎকী মমিং থোল্লি। অরাংলোমদগী খা-পাংনা শীৎলিবা নুংশিৎপু "অরাংগী নুংশিৎ" কৌই। করি করিগুম্বা মতমদা শীৎলক্লিবা নুংশিৎকা লোইননা নোং পুবা লৈচিল মপৈ পাইরকই। মদুবু ঐখোযনা "নোংপূবা-নুংশিৎ" কৌই।

অচৌবা লৈকোয় অমা য়েকউ হমসুং মদুগী মনুংদা লম্বী মরি শেম্মু। লম্বীশিং অদু চপচানা কাতুকারল ওইহন্দুনা ময়ায় চানা ককনহল্লু। লম্বীগী অরোয়বদা নোংপোক' নোংচুপ অমসুং খা, অরাং থাউ। লম্বী খুদীংমকপু অপিকপা মান্নবা কাতুপ কযামরুম থোক্লা খায়দোক্লো। শীৎলকলিবা নুংশিৎকী মায়কৈ নিংথীনা লেপলবা মতুংদা মফম চানা কাতুপশিং অদু মচু থাউ। মচু থাবগী থবক অসি লৈকোয়গী মতাই থংবা শরুক্তগী




## নুংশিং মায়রম তাক্পা লৈকোয়ঃ

| নুমীৎ মশীং | অহৌবা তারিখ | অরোয়বা তারিখ | নোংচুবা/মঙবা মত্রগা নুংশা শাবা |
|---|---|---|---|
| | | | |

হৌরক্তুনা ময়ায়রোমদা অসুম অসুম লোইশিলহল্লু চাংয়েং অসি নুমিং খুদীংগী তৌডুনা য়েংউ।

চয়োল চুপ্পা য়েংলকপগী খুদমশিং অদু নিংথীনা ইশিন্দুনা থম্মু। অসুমতৌনা নখোযনা নুংশিংকী মরু-ওইবা মায়কৈ লেপ্পা ঙমগনি। মদু নোং-পুবা নুংশিংলা হায়বা নঙনা খঙবা ঙম্মোইদ্রা ?

---

## ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা নুংশিং

শীংলিবা নুংশিংকী মরমদা ঐখোয়না মথক্তা নৈন-খ্রে। হৌজিক্তি ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা নুংশিংকী মরমদা খরদং নৈনদুনা য়েংলসি।

করি করিগুম্বদা নুংশিং অসি অসুক্কী মতিক তপই মদুদি ঐখোয়না মসি লৈ হায়বা খঙদে। অতৈ অতোপ্পা মতমদনা মসি য়াম্না কন্না শিংলি। ঐখোয়গী খুং অসি কন্না হাইবা মতমদা নুংশিংকী পিক্লবা ইপোম অমা থোকই। হুমাই অমা নত্রগা চে-থা অমা হুম্লবদি থোইন হেন্না চাওবা নুংশিংকী ইপোম্ থোরকই। ইলেক্ত্রিক্কী পংখা অমা লৈহনবনা নুংশিংকী চাওরবা শরূক অমা লেঙহনবা ঙম্মি।



অহাঙবা পাত্র অমদগী নুংশিৎ চিংথোকপা



ঊশিং য়াওবা পাত্রদা নুংশিৎ কাম্‌শিনবা

অহাঙবা পাত্র অমা ঈশিং য়াওবা তেঙ্গোং অমগী মথক্তা উপশিল্লু। পাত্র অদুগী মনুংদা নুংশিং য়াওবা মরমনা ঈশিং চংশিল্লক্পা ঙমদে। মচু লৈতবা মরমনা নুংশিং উবা ফংদে। তোংজে অমগী মনিংদা চিংথোক্ল-বদি পাত্র অদুদা য়াওরিবা নুংশিং অদু লোথোকপা যাগনি। ঐখোযনা অসুম তৌবদা পাত্র অদুদা য়াও-রম্বা নুংশিংকী মফম্ অদু ঈশিং চেনশিল্লক্নুনা শিল্লগনি। পাত্র অদু ঈশিংনা পিক্ থল্লবা মতুংদা অমুক হন্না তোংজে অদুদা নুংশিং কাম্শিল্লবদি কাম-শিল্লকালবা নুংশিং অদুনা পাত্র মনুংদা য়াওরিবা ঈশিং অদু তানথোক্খিগনি। পাত্র অদু পিক্ থল্লবা মতুংদা অহেনবা নুংশিংশিংনা কোঙ্গোল ওইনা থোরক্কনি।

মফম অসিদ নখোযনা য়াম্না লায়না পাঙথোক্পা ঙম্বা অতোপ্পা চাংয়' ৎমসু লৈরে। মোমবতি অনি থানগৎলু অমসুং মখোয়শিং অদু তোঙাল তোঙালবা পাত্রশিংগী মনুংদা থম্মু। পাত্র অনি অদুগী মরক্তা অমা পুথম্না খুমজিল্লু। মথুম খুমজিল্লবা পাত্র অদুগী মনুংদা য়াওরিবা মোমবতিগী মৈরি অদু



নুংশিং লৈতবা মফমদা মোমবতী চাকপা ঙমব্রা?

মুৎসি মুৎসি তৌদুনা মতম থরা চাকলম্নগা মুৎথ্রগনি।

মৈরি অদুনা মুংখি— মরমদি পাত্র অদুদা য়াওরম্নীবা মুংশিংশিং অদুনা মোমবতি চাকহনবা কোন্নদে। তৌই-গুম্বসুং অহাঙবা পাত্রদা থমলিবা মোম্বতি অদুদি অদুমক্ চাকতুনা লৈখিগনি ঃ— মবমদি পাত্র অদুদা-মোমবতি অদু চাকপা কোন্ননবা মুংশিং মরাংকাইনা য়াওরি।

মথক্কী চাংয়েং অসিদগী ঐখোয়না মুংশিংকী মরমদা খরা হেন্না খঙলে। অকোয়বদা মতিকচানা মুংশিং লৈববতদা পোৎশিংনা চাক্‌ই। চাকলিবা মৈদা মতিক্ চানা মুংশিং ফংহল্লবদি মৈবি অদু য়াম্না ঙান্না চাক্-খৎলক্‌ই। মরম অসিনা ঐখোয়না মুংগ্র বা মৈ হৌগৎপদা শ্ববনা কামলি-হুমাইনা হুমলি। মৈ মুংথংকে হায়রবদি লৈঙোই নত্রগা ফিনা কুপশিনগদবনি। অসুমতৌনা মৈবু মুংশিত্তগী তোঙান্না লৈহনবনা মৈরি অদু মুংথরকই।

ননাক্তা লেপলিবা মব্দপাশিংদা য়েংউ। মখোয়গী লেঙলিবা মথবাকশিং অদু উগনি। মুংশা স্বর হোন্দোক হোঞ্জিন তৌবদা মখোয়গী মথবাকশিং অদু লেঙলি। মরম অসিনা ঐখোয়না স্বর হোন্নবগীদমক্তসু মুংশিং দরকার ওই। অঙাংশিংনা কনানা হেন্না কুইনা মুংশা-স্বর থিংবা ঙম্বগে হায়না শীংনদুনা শান্নে। মখোয়না মখোয়গী মখুৎনা মচীন অমসুং মনাতোনশিং অদু মেনশিল্লি। অসুম তৌনা মখোযগী হকচাং মনুংদা মুংশিং চঙহন্দে। মিনিট

অমা অনিগী মতুংদা মখোয়না নুংশিৎ পামলকই অমসুং য়াম্না কন্না অমুক্তদা নুংশা-স্বর চিংশিল্লি। অসুমতৌনা শাননরবদি-মতম লৈবাখিবিক্তা নুংশিংনা ঐখোয়গী হকচাঙ মন্নুংদা চংথোক-চংশিন তৌরি হায়বা অসি নখোয়না খঙবা ঙমগনি। লমজেল চেন্নবগীদমক নুংশিৎ য়াম্না দরকার ওই। মরম অসিনা ঐখোয়না লমজেল্ চেনবা মতমদা নুংশিৎ যামনা চিংশিল্লি অমসূং য়ামনা তোযনা নুংশা-স্বর হোল্লি। ঐখোয়গী হকচাং মন্নুংদা চংলকলিবা নুংশিংশিং অসিবু থিংলবদি ঐখোয় শিবা শোযদ্রবনি।

কনা কনাগুম্বগী যুমদা নুংশিং হানবী মোনশীজিন্নে। নখোয়গী নযুমদদি অমতা লৈত্রা? লৈববদি মহু স্কুলদা পুখংলু অমসুং নংগা তমমিন্নরিবশিংদা যেংহল্লু। মন্নুংদা য়াওরিবা নুংশিংশিং অহু লৌথোক্লবদি মোন হুরু পিশক পিকনা থুপচিন্দুনা নংগী খাও মন্নুংদা হাপচিনবা য়াগনি। অসিগুম্বা মখলগী মোনশিং অসি লংফ চংপা কাংবুনা শীজিন্নে। নুংশিং হানবী মোনশিং অসি নুংশিংনা ঐখোয়দা কান্নবগী অতোপ্পা খুদম অমনি। মরম কয়ামুক্তা নুংশিং শিজিন্নে। লাইবক ফবদি মসিনা ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরম্বদগী ঐখোয খুদীংমক্কা নুংশা স্বব হোনবা কোন্ননবা মতিকচানা নূংশিং ফংলিবনি।

মিনিট অমগী মন্নুংদা (১) নংনা, (২) নংনা লমজেল

চেল্লূরবা মতুংদা, (৩) ন্থপী নত্রগা নিপা অমনা, (৪) হুই নত্রগা হৌদোঙ অমনা-হোনবা ন্থংশা স্বর মশীংশিং অদু খুঙজিল্লু।

মিনিট অমদা হোনবা নংশা শ্বর মশীং খেন্নবাঃ
(১) অঙাং (চহি অমগী মখা)—৩০
(২) অঙাং (চহি অমগী মথক)—২৬
(৩) অহল —১৬
(৪) হন্থবা/হন্থবী —২৫

স্করার পেপব মচেৎ অমদা-স্করাব অমগা হোন্দোক হোঞ্জন তৌরিবা শ্বব অমুক্কা মান্নহন্দুনা য়েকউ।




স্করাব পেপব মচেৎ অমদা মিনিট অমদা হোনবা হুংশা-শ্বব মশীং উৎপা

লৈবাক মনুংদা নুংশিৎ লৈবরা? চায়েং অসি হোংনৌঃ লৈবাক থরা লোবো অমসুং মদু পাত্র অমগী মনুংদা তংখায য়োনা হাপচিল্লু। হৌজিক্ পাত্র অদুগী লেম্‌হৌবিবা শব্দক্ অদু ঈশিং পিক্ থন্না হৈজিল্লবা মতুংদা করি তৌরক্পগে হায়বা অদু য়েংউ।

অচাক্পা মোমবতি অমা টেবল মথক্তা থম্মু। মদুগী মথক্তা পাত্র অমা কুপশিল্লু। নঙনা অসুম তৌবা মতমদা মৈরি অদু মুৎসি মুৎসি তৌরক্কনি। পাত্র অদু খজিক্কং হাংদোক্লবদি মৈরি অদু হান্নগুম্না ঙানখৎলক্কনি। কবি মরমগীদমক অসুম তৌরিবনো হায়বা অদু খল্লু।

মোমবতি মরি থানগৎলু। মতম অমতদা মথোয়শিং অদু চাওবা মান্নদবা পাত্রশিংনা কুপশিল্লু।



কবক্তা মোমবতিনা থরাইদগী কুইনা চাক্কনি?



য়েক্লিবা লাই অসি মুন্না য়েংঙউ। হুংশিংনা ঐখোয়দা কান্নবগী খুদম কয়া উৎলিবগে ?

করম্বা মোমবতিনা থরাইদগী হান্না মুংকনি ? করি মরম-গীনো—হায়বা ঙম্বরা ?

শীজিন্নবা লোইশ্রবা একসরসাইজ বুক অমদগী চেনা অনি শেংতংলো। চেনা অমা বোলগুম্না পীক্কা তাশিল্লু। হৌজিক তাশিল্লবা অমসুং তিংথোক্লবা চেনা অনি অদু মৈ চুরো। চেনা অনি অদু চাকপদা থেননরিবা চাকপগী চাং অদু করি মরমননো-শন্দোক্না তাকপা ঙম্গদ্রা ?

---

## ঐখোয়গী মশা পানবী মরূপশিং

নুমিৎচুপ্পা ঈশিংদা ঈরোয়দুনতা লৈরিবা ঙানুশিং অসি কয়াদা ঙকৃশ্রবনো ! ঙানুশিংনা কয়াদা নুংঙাইবা মতম লেনশ্রবনো ! মখোয়না গা-গা খোংই অমসুং পৃখিগ্র ময়ায়দা কনা অমতনা মখোয়বু খুদোংথীবা পীবা ঙম্নরোই-দবা মতম্ অদুদা ঈরোয়দুনা লৈ।

ঙানুগী মখোঙদু মুন্না য়েংউ। অপিক্পা উনশা মচেৎ অমনা শমজিন্নরিবা খোঙশাশিংদু নঙনা উবা ফংগনি। মরম অসিদগী ঙানুশিংবু "খোঙপাক্ পানবা" উচেক্শিং হায়না থংনৈ। মখোয়গী অপাক্পা মখোঙ-

শিংনা লৈমায়থক্তা য়াম্না তপনা চৎলি। অদুবু ঈশিংদা কুমথখ্রবদি কয়াদা খেন্ননা উখ্রবনো। অপাকপা মখোঙ-শিংবু নোংগুম্না শিজিন্নদুনা ঙানুশিংনা ঈমায়থক্তা য়াম্না য়াঙনা তাওদুনা চৎলি। থঙহোৌদনা মখোয়গী মকোক্ মাঙখি—ঈমাযথক্তা মমৈতমক্ উবা ফংহোই। মখোয়গী মকোক্না মাঙখিবা মতমদা মখোয়না পুখ্রি মনুংদা লৈবা তীলশিং থিরি। অসুম তৌবদা মখোয়না মখোয়গী অপাকপা মচীলশিং অদু চামচকী মতোৌগুম লৈখোম কোৎথোকপদা শিজিন্নে। লৈনাং অমসুং ঈশিং মচীলগী মতাইদা থোক-হনখি। কবিগুম্বদা লৈনাং মরক্তা তীল অমতং য়াও-



মতৌ করমতৌনা ঙানুশিংনা মখোঙ অমসুং মচীল শিজিন্নবগে?
মফুংদাঃ ( ঙানু মখোঙগা নোংগা চাংদমনবা )

রক্লবদি মখোয়না খূদক অত্নমক্তদা য়োংশিনখি। অসুম-তৌনা ঙান্নুশিংনা ঈশিং মন্নুংদা হৌবা পাম্বী মচা-শিংস্থু চাথোক্‌ই। অরোয়বা মীশিংনা মখোয়বু তিম্মে াক অমসুং কং পিজনদে। মখোয়বু করম করম্বা চিঙ্গাক পিজবগে—নখোয়না হায়বা ঙমব্রা ?

য়েনশিংনা অয়াম্বা মতমদা চানবা মতিকচানা ফংদব-গুম্ উই। হুমিংচুপ্পা মখোয়গী কল্লবা খোংশানা লৈমায়-থক্তা নাপী মরক্তা হোত্তুনা চাননবা তীল-কাং থিদ্রুনা লৈ। মচিঙ্গাক থিবা মতমদা মখোযনা মখোয়গী পীক্লবা অমদি তুম্লবা মচীলশিং অদু শিজিন্নৈ। য়েনশিংনা মতমচুপ্পা লৈমায়থক্তা লৈতে। করি করিগুম্বদা মখোয়না য়ূমথক্তা নভ্রগা শম্বল্ মথক্তা পাইখৎলি। খোংশা অহুম্না মমাংদা অমসুং খোংশা অমনা মতুংদা মখোয়না তোংলু-রিবা উশা অদুদা পায়-শিল্লি অসুমতৌনা মখোয়না তুমদুনা লৈ-থোকপা ফাওবা ঙম্মী। মতৌ করমতৌনা অসুম তৌরিবনো হায়বা অদু য়েক্লিবা লাই অসিদা য়েংউ। শরুগী মন্নুংদা



য়েনগী মখোঙ মনুং

অসুমতৌনা মতমকুইনা লৈমায়থক্তা পৎতুনা-পুমদুনা লৈরগদবা, মদুগী মনম তাবদা ঐখোয়গী হকচাং মাঙহ-ল্লগদবা, ফত্রবা পোৎশিং অদু চাথোকতুনা মখোয়না ঐখোয়গী মতেং পাংই। অমরোমদা, খুন্নুখরং অমস্তুং লঙজানচিংবা উচেকশিংনা মখোয়গী হিংনবগা লম্বীদা মচীল অমস্তুং মখোঙনা কযা য়ামনা তেংবাংবগে হায়বা অদু ঐখোয়দা উৎলি।

মচিঞ্জাক খুন্দুনা চারিবা উচেক অমা য়েংউ। মখোয়গী মচীল অমস্তুং মখোঙশিং অদু পূক্লিংচংনা য়েংহুনা উচেক অদুগী মচিঞ্জাক অমস্তুং হৈনবী শাজৎ যুন্না খংজিলহৌ।

নখোয়গী নযুমগী নত্রগা স্কুলগী অকোয়বদা মখল মখা অয়ামবা উচেক উবা ফংগনি। মখোয়শিং অদুগী মরমদা নংনা করি করি খংবগে ?

---

## উচেক্ মচাগী ময়ুম

ঐখোয়না নুমিৎ খুদীংগী চারিবা, য়েরুম অসি কদায়দগী লাক্লিবনো হায়বা ঐখোয় অয়াম্বনা খংনরবনি। মসি য়েনগী মকোন্দা কোকই। উচেক মপাবু 'য়েনবা'

কৌই ; মমাবু 'য়েনবী' হায়রগা খংনৈ। য়েনবীনা মরূমশিংগী মথক্তা কুন্দুনা মরূমশিং অদুবু মতম খল্লদং



অঙকপা লাই। (১) লঙজা (২) তেনবা (৩) কাঙা (৪) য়েনবা

মথক্কী উচেকশিংসি য়েকপদা লাইয়েকপনা লান্না য়েকশিনথ্রে। যেক্লিবা লাই অসিদা মহাক্কা উচেকশিংবু অবানবা মখোঙ অমসুং মটীল পার্নশিনবিবে। নখোয়না মসি চুমথোকপা ঙমগদ্রা?

লংজাগুম্ন কূপলবা তোংশা লৈ। কাইদোংফমদা তোংবদা তোংশাদু মথকলোমদা চিংখৎলকই অমসূং অসুম তৌনা খোংশাশিংদু কোনশিল্লক্তুনা উশাদা কন্না পায়শিলহল্লি। থাদোকপা মতমদা তোংশাশিংদু নোপথরকই অমসূং খোংশাশিংদু হাইদোক্লকই।

ঐখোযগী মশাপানবী মৰূপশিংগী মরক্তা তেনৱাবু খ্বাই পূন্নমকনা পামনৈ। অয়াম্বা যুমদা তেনৱা লোইনৈ। উচেক অসি কাখৎপা যাম্না পাম্মী। অয়াম্বা মতমদা উশাদা তোংই। মসিগী খোংশা অনি মমাংলোমদা পাল্লি অমসুং অনিনা মতুংলোমদা ইন্থোকই। মহাক্কী ঙাংনলংলবা মচীলনা উশা অমদগী উশা অমা তান্না কাখৎপদা মতেং পাংই। নংনা মহাক্কী মমায় মযাদা খুদোনবী থিংজিন্দুনা লংনকুরবদি মহাক্না নংবু চিকলকপা য়াই।



মচিঙ্গাক চারিবা তেনৱা

লৈবাক হৱাই থুগাইন্থনা চারিবা তেনৱা অমা য়েংউ। মরৈনা ওল্ল-ওল্লদুনা হৱাই অদু মফমচানা থম্লগা কল্লবা অমসুং থৌরবা মচীলনা চিকথায়

করিগুম্বদা নখোয়গী নখুত্তা পায়রিবা অচাপোৎ অদু অরাঙবদগী খুনুখরঙ নত্রগা লঙজাশিংনা লাক্‌খিবা য়াওরবরা ? কল্লবা অমসুং থৌরবা খুজিল শিংনা উচেকশিংনা অসুম তৌবদা তেংবাংই। উচেক্‌শিং অসি শদুম চায়।



করিগুম্বদা মসি নখোযদা থোকখবত্রা ?

কল্লবা অমসুং থৌরবা মচীলশিংনা চাগদৌরিবা শদুম অদু মচেৎ-মচেৎ শেগায়। নঙগী অচাপোৎ লাক্‌খিব্রা খূনুখরঙ অদু নঙনা মতুপানবী উচেক অমনি হায়না খল্লমদবা য়াই। অদুম ওইনমক্‌ মখোয়শিং অসি ঐখোয়দা য়ামনা কান্নরবা জীবনি। মখোয়না অশিবা শা ঙাশিংবু চাথোকই।

শানা থম্বীবা ঙম্লবদি পিক্লবা য়েন্নাওশিং চোংথোক্লক্কনি। পিকলিবা য়েন্নাওশিংনা কোয়চেন-চেন্দুনা মচিঞ্জাক থিবা ঙমই। মমা যেনবীনা চানবা খরদং ফংলদ্রনা মচাশিংবু কৌরকপা খোঞ্জেল তাবদা—য়েন্নাওশিংনা নিল-খোংদুনা লাঙই। মহাক্না কৌবা অদু থুদক অদুমক্তদা খুমলকই। মচাশিংগী অপিকপা মচিন্না খূন্দুনা চাবদা খুদোং চানবগী-দমক ফংলকলিবা চিঞ্জাক্ অদু য়েনবীনা মচেৎ মচেৎ থৃগাঙ্গবী। খুদোংথিগদবা মতমদা খোংলকপা মমাগী খোঞ্জেলসু পিকলিবা য়েন্নাওশিংনা খঙবা ঙমই। খোঞ্জেল অদু হেক তাবদা যেন্নাওশিংনা থুনা য়াঙনা চেনশিন্দুনা মমাগী মথাদা লোৎলি। মমাগী মনাক্তা চেনশিনহৌদ্রবদি মপুক লামলবা হৌদোঙ নত্রগা খুন্থুখরঙশিংনা মখোয়বু লার্কাপথিবা য়াই।

উচেক মচা খরদি মরূমদগী পোকখায়রকপদা মতু পানদে, মমিৎ উদে অমসুং করি অমতা তৌবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং মরাইবক ফবনা মখোয়না মখোয়গী পিক্লবা মকোন্দা লৈবা ফংজে। উনা-ব্রানা তনা শাবা মকোল

মন্নুংদা থোৎলবা মতু কয়ামদ্দম হাপতুনা মখোয়গী নৌরিবা উনশা-শিংবু ঙাকথো-কই। উচেক মমানা য়াম্না চেকশিন্না অরাঙবা উশা-থক্তা মকোল শাই।



মচিঞ্জাক পীজবিবা উচেকমগা

মফম অদুদা মখোয়না অশোংবা উনারক্তা লোৎতুনা-য়েক্লবশিংদগী নানথোকপা ঙমই। নুমিৎচুপ্পা মখোযগী মমা-মপানা মখোযবু পিজনবা চিঞ্জাক থি। নুমিদাংদা মমাগা লোইননা মখোযনা তুম্মা। মমাগী লুমলবা মশানা মচাশিংবু কোনশিনবী।

কালেনথা হৌগৎলকপদা ক্বাকশিংনা মচিন্দা চৈতেক চেন্দুনা পাই। মদু উবদা ঐখোয়না মতম অদু ক্বাকশিংগী মকোল শাবা মতমনি হাযবা খঙই। ক্বাক্কী মকোল থিবদা য়াম্না ব্বাদে। করিগুম্বদা নখোয়না ক্বাক মকোল মনাক চংদুনা য়েংলুবব্রা? মকোল শাবদা য়াওরিবা তোঙাল তোঙালবা পোৎশিং অদু উবদা নখোয় য়াম্না ঙক্কনি।

ক্কাকশিংনা মকোল্ শারিবা মফম্ অদু "ক্কাক্ মকোল্-শাফম্" কৌই। মফম্ অদুদা পাম্বী অমতদা নত্রগা নক্কবা পাম্বীশিংদা মকোল কয়ামরম্ শাদুনা লৈ।

কোকিল হায়বা অসি অমুবা উচেক্ অমনি। মসিগী মমিং ঙাংই। কানেনথাগা মতমদা কোকিলনা "কুহু-কুহু" খোংবা তাবা ফংগনি। পিক্লিবা অঙাংশিংনা মহাক্কী খোঞ্জেল তমদুনা শান্নে। উচেক অসিনা ক্কাক শিংবু নমথাক তৌই। কোকিল লাবনা মরূম্ কোন্দুনা লৈরিবা ক্কাক অমোমশিংবু লঙনৈ। ক্কাক্ অমোমশিংনা শাওদুন কোকিল লাবশিংবু উরক্তা তান্নে। ক্কাক অমোমনা থাদোকলম্ল বা মকোল অদুদা কোকিল অমোমনা য়াম্না থুনা পাই-শিল্লক্তুনা কুল্লে। মহাক্না মকোল অদুদা লৈরম্লিবা



ক্কাক্ মকোল শাফম

মরূমশিং অদুগী মরক্তগী খরা থুগাইরগা—মহাক্কী মরূম কোক্‌শিল্লম্মী। ক্কাক্ অমোমশিংনা হল্লকপা মতমদা থোকখ্রিবা থোদোকশিং অদু খঙলমদে। মরমদি কোকিল মরূম অসি ক্কাক্কী মরূমগা য়াম্না মান্নে। অসুমতৌনা ক্কাক অমোমনা মরূমশিং অদু কোল্লি। মচা ওল্লকলবা মতমদা কোকিল মচাশিংনা ক্কাক মচাশিংবু মকোলদগী ইম্থোকই। ক্কাক মমানা মখোয়বু মচামক্কি খন্দুনা মচিঞ্জাক ইনবী। মতৌ অসুমতৌনা কোকিলশিংনা ক্কাকপু নমথাক তৌই। কোকিলশিংনা মপূনসি চূপ্পদা মরূম কোক্‌নবগীদমক্ মকোল শাদে।



উরক্তা তান্নবা

মশক উবা ফংদ্রবসূ মতম অয়াম্বদা ঐখোয়না ফি-তুবী উচেকশিংগী খোঙ্জেল তারি। নুমিৎ খুদীংগী ইংখোলদা খোংলিবা উচেক্‌শিংগী খোঙ্জেলগা লোয়ননা তারিবা মহাক্কী "ত্বিৎ-ত্বিৎ" হায়বা মখোল অদু ঐখোয় অযাম্বনা খঙনববনি। থোইদোক্ হেন্দোক্না উচেক অসি মকোল্ শাবদা যাম্না হৈ-শিংই। কূপলবা নাপী শিজিন্নহুনা মহাক্কী পিক্লবা মচালনা যেতুমগী মতৌগুম্না উনাশিংবু তাইশিন্নবা ঙমই। মরম অসিদগী মহাক্‌পু ফি-তুবী উচেক হায়না খঙনৈ। শাবা লোইরবা মকোল অদূ পিক্লবা মচাশিংগী নাওশুমনি। মথঙগী লমাযদা য়েক-লিবা মকোল শারিবা ফি–তুবী উচেক অদু নখোয়না উবা ফংগনি।

শায়োকশঙদা লৈরিবা উচেকশিংগী মরক্তা হোর্ন-বিলশিংনা ঐখোয়গী থম্মোয় শুমহৎলি। উচেক অসি খূনুখরুংমুক্তং মচাওই। মসিগী য়াম্না চাওরবা মচীল অমা পাল্লি। ঐখোয়গী লৈবাক্কী জঙ্গলশিংদা হোর্নবিল লৈ। হোর্নবিল অমোমনা মরূম কোক্‌লমদাইগী মতমদা লিরবা, অচৌবা উ-পাম্বীশিংদা লৈবা অহোবা মখুল থিরকই। মখুলগী অকোয়বদা লৈখোম নপশিন্দুনা হোর্নবিল অমোমনা মচীল থিন্দোক্তুনা লৈ। লাবশিংনা নুমিৎচুপ্‌পা কোইপাই পাইদুনা অমোমশিংবু পিজনবা চিঞ্জাক থি। অসুম

তৌবদা ময়াং য়াম্না কংশিললকই। অদুম ওইনমক হোর্নবিল অমোমশিংদি হান্নগুম্না অদুমক মনোইরি। য়াম্না থূনা অপিকপা মচাশিং পোকখায়রক্লে। মখোয়না হোর্নবিল লাবদগী মচিঞ্জাক তাল্লি। চযোল অনিরোমগী



হোর্নবিল লাবা অমস্থুং অমোম
নখোয়না হোর্নবিল অমোম উবা ফংবরা ?

মতুংদা হোর্নবিল অমোমনা মকোলদগী থোরকই। অসুমতৌনা মচাশিংবু পিজনবা চিঙ্গাক থিবদা লাবগী মতেং পাংই।

উচেকশিং অসি পৃথিবীদা লৈরিবা ফজরবা জীবশিংগী মরক্তা অমনি। অয়াম্বা মীশিংনা মখোয়বু যেংবদা অমদি মখোযগী খোঞ্জেল তাবদা নুংঙাইবা পোকই। মখোয়গী খোঞ্জেল অদু খংজিল্লু অমসুং মখোযনা করি করি চাবগে, মকোল শাবদা করি করি শিজিন্নবগে হায়বা অদু মুন্না য়েংউ।



মকোল শাবিবা কীতুবী উচেক

নখোযগী ইংখোলগী অচিকপা মফম অমদা অহাংবা উপূ অমা য়ান্দুনা থম্মু। মদুগী মনুংদা উচেকশিংনা মকোল শাবদা চংগদবা—উনা-শিংনা উচেক মতুনচিংবা হাপচিন্দুনা থম্মু। লাপতকনা লৈদুনা উচেকশিং

পাইশিল্লকপা য়েংউ। উচেকশিংনা পাইশিল্লকতূনা



উচেক মকোল অসি শাবীয়ু।

নৈরম্লিবা পোৎশিং অদুগী মরক্তগী মকোল শাবদা চংগদবা উনা শিংনাশিং খন্দোক্‌পা অদু য়েংবদা য়াম্না নুংঙাই।

---

## কান্নরবা জীব অমা

ঐখোয় অয়াম্বনা ষণ উরে। অয়াম্বা মতমদা মখোয় অসি লৌবুক্তা উই; করি করিগুম্বদা কৈথেলদসু উই। মখোয়শিং অসি য়ান্না কান্নরবা জীবনি। মরম অসিনা মীশিংনা মখোয়বু ফ্ৰবিদে।

ষণশিং অসি য়ান্না পুকচেল তপ্পী। মখোঙ মরি পানবা জীবনি। মসিগী তেল্লবা অমসুং কল্লবা মখোঙশিংনা ল্ৰমলবা মশা অদু পুরি। মসিগী অথাবা মউন অদু শউন কৌই। মউন অসি অকুপপা অমসুং অমোনবা মতুশিংনা কুপশিল্লি। মসিগী পিকলবা মমিৎশিংদু য়েংবদা ন্নুংশি। মমৈ মৈতোন্দা শম চবুল অমা লৈ।

মখোঙ খুদিংমক্তা খোঙশা মরি মরি পাল্লি। মমাঙ থঙবা খোঙশা অনি অদু কল্লি। মদুবু ঐখোয়না লোংখুম কৌই। মতুংথংবা অনি অদু তেল্লি অমসুং লৈমায়শোক্তে। চৎপা মতমদা লমায়থক্তা মফম লহৌই। মদুবু ঐখোয়না "ষণ-খোঙ্গুল" কৌই।

শজিক চাবা মতমদা নাপী খোবুম থন্না ফোয়দত্তুনা য়োৎশিল্লি। মপূক থন্না চারবা মতুংদা কুন্দুনা পোখাই। পোখাদুনা লৈবা মতমদা মখোয়গী মচীল মতমলৈবথিবিক্তা লেঙলি। মদুবু ঐখোয়না "শগুপ-শায়বা"




ঐখোয়না ষণদগী ফংবা পোৎশিং

হায়না খঙনৈ। মখোয়না শগুপ-শায়বা মতমদা হান্না চাশি-নগ্রবা শজিক অদু অমুক হন্না ওথোক্তুনা শায়রি

যণগী মচাবু যম্নাও কৌই। যণবীনা মখোয়বু শঙোম পিথকই। যঙোমশুম্বশিংনা যণবীদগী শঙোম শুমই। মদু ঐখোয়গাদমক য়াম্না হাউরবা অমসুং হকচাং ফরবা চিঞ্জাকনি। শঙোমদগী ঘী, মাখন নচিংবা শাই।

যণশিং অসি ঐখোয়দা য়াম্না কান্নে। মচিনা শমজেৎ অমসুং থাং মখোকনচিংবা শাই। যণ-লাবশিংনা গারী চিংনৈ। মহাওদগা মোমবতি শুংবা য়াই। মচি অমসুং লোংখুমশিং অদু ফুৎলগা গম শুংই। মউন্দগী শউন লৌই।

যঙোল অমদা চৎলু। যণ খোঙ্গুলশিং য়েংউ। শগুপ-শায়রিঙৈ মতমদা লেঙলিবা মচীল অদু মুন্না য়েংউ। শঙোম্‌শুম্বশিংদা মতৌ করমনা শঙোম শুমগদগে হায়বা অদু তাকহল্লু। যণশিংনা করিগীদমক মনা অমসুং মমৈশিং অদু ইতৎ-তত্তনা হাইরিবনো নখোয়না খঙবা ঙমব্রা ?

মচু শঙবা চে পাং অমা লৌরো। চন্না, নাপী অমসুং গম শিজিন্নহনা—যণবীগা কোন্নবা যম্নাওমচা অমা

য়েক্লগা চে অদুদা নপশিল্লু। মদু ষণগী মওঙ তাকপা লাই অমা ওইগনি।

পথাপ অমগী মতেংনা অহানবদা অহাঙবা উপুশিং য়েকউ। মায়োক্লবা লমায়দা য়েকলিবা ষণবী অসি মান্না—অখোয়বা অমসুং অচুম্বা লৈইশিং চিংউ। নঙনা চিংলিবা লৈইশিং অদু য়ারিবমখৈ য়েকলিবা লাই অসিগা মান্নহল্লু।

---

## লৈ মনুংদা য়াওবা

নুংশিরবা মীওইশিং লাকপদা ঐখোয়না লৈ-পরেং হুক্কনা ওকই। ঐখোয়গী লৈবাক্তা মনম নুংশিরবা লৈ-শিংবু পরেং লেংহনা লাকলিবা মীওইশিংগী ঙকশমদা হুকনৈ। নখোয়গী য়ুমদা লৈবা গমলাশিংদা হাপনবগী-দমকসু নখোয়না লৈ থিরম্বা য়াই।

মথক্কী পারাদা উচেকশিংগী মরমদা খরা নৈনখ্রে। মতৌ অদুগুম্না পাম্বীশিংগী মরমদসু ঐখোয়না খঙদ্রিবা খরা নৈনহনা য়েংসি।

খাওমানবী লৈ (স্নেপড্রেগোন) অমা য়েংউ। শাত্রিথৈগী মতমদা লৈগী নোরবা মনা অমসুং পিক্লবা মনুংগী

শরূকশিং অদু কুয়োম কোবা অথাবা মকু অমনা য়োম-শিল্লি। পিক্লবা অশংবা কুয়োম অসি—লৈনা পোমলিঙৈগী মতমদা নিংথীজনা উবা ফংই। তপনা তপনা কুয়োমশিং অসি হাইদোক্লকই অমসুং অসুমতৌনা ফজরবা মচুগী লৈনাশিং থিন্দোরকই। মখোঙ্বাইদা লৈনাগী মচু তোঙাল্লি। মসিগী অরংবা অমসুং অমুবা মচুশিংনা লৈহী লৈফম তাকই। মরম অসিনা মখোয়শিং অসিবু হোনি গাইডস ( লৈহী লৈফম তাক্পা ) হায়নসু খঙনৈ। লৈনানা



(১) (২) (৩) (৪)

**থাওমানবী লৈগী তোঙান তোঙানবা শব্দকশিং।**

[১] লৈ [২] ষ্টামেন অমসুং পিষ্টিল উৎপা শাৎকাইবা লৈ [৩] ষ্টামেন অমসুং পিষ্টিল [৪] পিষ্টিল।

কৃপশিল্লিবা শরূকশিং অদু ষ্টামেন্ কৌই। মখোয়শিংসি —অশাংবা অমসুং অপাকপা মকোক্ পানবা মখোকশিং

অদুনি। ষ্টামেনগী মতোন্দা তোপলিবা অপাকপা মকোক-শিংদু এনথরনি। এনথর খুদীংমক্তা নাপুমচু মানবা অকুপ্পা পাউড়র য়াওই। মখোয়দু পোলেন কৌই। ষ্টামেনশিংগী মরক্তা লৈরিবা মকোক পান্দবা মখোক অদু পিষ্টিলনি। নওনা পিষ্টিল অমবু মুন্না য়েংলবদি—মথকথংবা অশংবা শব্দক অদু নপ্-নপ্ লাউই হায়বা খওবা ওমগনি। অনপ্পা শৱক অসি ষ্টিগমা হায়না খওনৈ। পিষ্টিলগী মখোওদা অপোওবা শব্দক অমা লৈ। মদু মহৈগী উপুনি।

ঈশ্বরনা লৈশিং অসি অওকপা ফংনা শেম্বীরম্মী। পাম্বী অমতদা শাৎলিবা লৈশিংগী মান্নবা মচু অমসুং মওও লৈ। পাম্বী অমতদা শাৎলিবা লৈশিংগী কুয়োমশিং, লৈনাশিং অমসুং পিষ্টিলশিং অদু মশাং চপ-চপ মান্নে হায়বা অসি থীদুনা য়েংলবদি, নংনা খওবা ওমগনি।

কোয়থোকপদা—নওনা উরুবা তোঙাল তোঙালবা মখলগী লৈশিং অদু হেকচিল্লু। লৈহী য়াওফম তাকপা শৱকশিং খোমজিল্লু।

মব্ধ উপু অমবু অকুপ্পা পিন্না হাংদোকউ। মুনফাত্রিবা মৱশিং অদু খন্দোকউ। অনৌবা এনথর থেংনৱবদি—

মখোয়শিং অদু হাংদোকউ অমস্তুং পোলেন মকুপশিং খন্দোকউ ।

নওনা উরুবা লৈশিং অদুগী মরমদা মথাদা পিরিবা কাখলশিং অসি মেনশিল্লু :—

| লৈগী মমিং | কৃযোম মশীং | লৈনা মশীং | ষ্টামেন মশীং | পিষ্টিল মশীং | লৈগী মচু |
| --- | --- | --- | --- | --- | --- |
| | | | | | |




**য়েকলিবা লাইসি য়েংঙু। তেনজৈনা থিল্লীবা মক্কমশিং অসিগী মমিং খঙবা ঙম্বরা?**

[১] তেরা মপাল [২] মোদোলৈ অঙৌবা [৩] কুন্দালৈ [৪] যুবাকুসুম [৫] মোদোলৈ মানবী।

## পোলেন্ পুবা

হয়িংখোই, কুরাক্ অমসুং খোইমূনচিংবা জীবশিং অসি লৈগী মরূপনি। লৈ অমদগী অমা তন্না পাইরিবা পীক্লবা জীবশিং অসিনা লৈশিংবু মহৈ য়ালহনবদা মতেং পাংলি। হয়িংখোই অমসুং কুরাক্শিংনা লৈদা তোং-লমলগা পাইথোক্খিবা মতমদা পোলেন মকূপশিং পুখি। অসুম তৌবদা খুদোং চানবগীদমক্ লৈ খুদীংমক্কী মনুং-শিংদু য়াম্না নিংথিজনা শেমই।

খাওমানবী লৈ অমা হেক্লো। মনুং অদু মুন্না য়েংউ। লৈগী মনুংদা ষ্টামেন মরিখক উগনি। ষ্টামেন-শিংগী মরক্তা লৈরিবা মকোক্ পান্দবা মখোক অদু পিষ্টিলনি। নওনা ষ্টামেন অমবু মুল্লবরা নত্রগা মুন্দ্রিবরা খঙবা ঙমগনি। অমুনবা ষ্টামেনদা য়াওবা এনথরনা পোক্খাইরকপদা নাপুমচু মানবা পোলেন মকুপ থোরক-কনি। ষ্টিগমা অমুনবদি নপ্পী। ষ্টামেন অমসুং ষ্টিগমা মতম অমতদা মুনমিন্নদে।

ফুগাইনা শাৎকাইরবা খাওমানবী লৈশিংনা খোইমু-শিংবু চিংশিল্লি। খোইমুশিংনা লৈগী মনুংদা লৈহী য়াওরম্লগনি হায়বা খঙই। কোম্থদুনা শাৎলিবা লৈগী

মখাথংবা লৈনা অদু খোইমুশিংগী অহানবা খোঙথাফমনি। হোনি গাইডসশিংনা লৈহীগী লৈফম তাক্লি। খোইমুশিংনা লৈগী লৈহী থকলি। অমুনবা এনথরগী পোলেনশিংনা লৈহী চুপলিবা খোইমগী মথক্তা তারকই। খোইমুনা অতোপ্পা মখলগী লৈ তম্না পাইখিদে। থাওমানবা লৈশিংগী মবক্তা অদুমক মরৈ। অতৎপা লৈতনা মহাক্না লৈ অমদগী অমা তম্না পাইবি। অসুম তৌনা



মতৌ কবম্না লৈ অমদগী অমা তাম্না পোলেন পুরকল্লিবনো?

ওইথংবা—অমুনবা এনথরগী পোলেন্না খোইমু মথক্তা তাবা।

যেৎথংবা— খাইমূদা পকলকপা পোলেন অমুনবা ষ্টিগমাদা নপহৌবা

মশাপুম্বদা পোলেন পকলকই। অমুনবা ষ্টিগমা য়াওবা লৈদা তোংলুবদা খোইমুগী মশাদা পকলকলিবা পোলেনশিংদু নপহৌই। মদুতনি পাম্বীশিংনা পামজরিবসু। অসুম তৌবা মতমদা মহৈগী উপুদা মরূ ওল্লি।

অয়াম্বা লৈশিংনা পোলেন পাম্মী। অতোপ্পা লৈদগী পুরকপা পোলেনশিংনা অমুনবা ষ্টিগমাদা নপহৌই। খাওমানবী লৈশিংনা মাসিমক তৌই। এনথর অমসুং ষ্টিগমা মতম অমতদা মুনমিন্নদে। এনথরশিংনা ষ্টিগমাদগী হান্না মুল্লি। ষ্টিগমাশিংনা মুল্লকপা মতমদসু লৈদা লৈহী য়াওরি। অমুনবা এনথর য়াওবা লৈদা তোংলুরবা খোইমু-শিংনা ষ্টিগমা অমুনবা য়াওবা লৈগী লৈহী চুপলে। অসুম তৌনা খোইমুদা পকলকলিবা পোলেনশিংদু অমুনবা ষ্টিগমাদা নপহৌই। অহানবা নুমিত্তা পোলেন পাথোকখিবা লৈনা মথংগী নুমিত্তা অতৈ অতোপ্পা লৈদগী পুরকপা পোলেন লৌহৌই।

খাওমানবী লৈগী লৈহী পাম্বা জীবশিংসি খোইমু অমোমতা নত্তে। অতৈ অতোপ্পা আপকপা জীব কয়া মরুমসু মসিগী লৈহী পাম্মী। পাম্বীনা মখোয়বু লৈহা চুপহন্দে। মরমদি মখোইনা মহৈ ওলহনবদা মতেং পাংদে। চেৎনা খুমজিন্দুনা লৈরিবা খাওমানবী লৈগী মচীল অদু নখোয়না উবা ফংগনি। খোইমুশিংতনা মদু নমথেকতুনা চংবা ঙম্মী। করিগুম্বদা অপিকপা জীব মচা অমনা মন্নুংদা চংবা ঙমগ্রবসু মহাক্না লৈগী লৈহী চুপ্পা ফংদে। লৈগী মন্নুংদা য়াওরিবা মকোইশিংনা লৈহী উপু অদু কনথোকতুনা থম্মী।

মখল মথা অয়াম্বা জীবশিংনা লৈকোন্দা পাইদুনা

## মশক্ তাকৃপা



লৈহো চুপলিবা জাবশিং

(১) খোইমু (২) কুৱাক্

(৩) মৈরান্‌বী (৪) হয়িংখোই

লৈহী চুপলিবদু নখোয়না উবা ফংগনি। হয়িংখোই অমসুং কুরাক্শিং অসি লৈশিংগী চান্নরবা মরূপনি। হয়িং মখল খরসু অসিগুম্বা থবক্ অসি তৌবদা য়াওই। নুমিদাং ফাওবদা মৈরানবীশিংনা থবক অসি পাঙথোকই। মৈরানবীবু চিংশিল্লবা লৈশিং অদু ঙৌই অমসুং নুমিদাংদা শাৎকাই। নুমিদাং শাৎপী লৈশিংগী মরক্তা খরদি মনম্ য়াম্না নুংশি।

মতৌ কবমতৌনা এনথরদগী পোলেনবু ষ্টিগমা তান্না পুরকলিবনো হায়বা অসি মহৌশা লাইরেনবীগী য়াম্না ওক্পা খুৎশেমনি। মসি ঐখোয়গীদমক্ য়াম্না নুংঙাইরবা পাডানি। মরমদি পাডা অসিদগী ঐখোয়না লৈ অমসুং জীবশিংনা করমতৌনা অমনা অমগী মতেং পাংনবগে হায়বা অদু খঙবা ঙম্মী।

লৈহী পাম্বা জীবশিংগী মতৌগুম্না উচেকশিংনা লৈশিংবু মহৈ য়ালহনবদা তেংবাংই। মপুংফানা মপাল শাৎকাইরবা তেরা পাম্বী অমগী মখোঙদা লেপ্তুনা য়েংউ। তেরা মপাল্ চুপলিবা তোঙাল্ তোঙালবা উচেক্শিংদু খঙ্জিলহৌ।

লৈকোন্দা শাৎলিবা, নঙনা অপাম্বা লৈ অমগী মরমদা অসুতৌনা ইয়ু ঃ—

( অহাঙবশিং অসি নঙনা উরুব্রিবশিং অত্তুনা মেনশিল্লু )

ঐনা লৈকোন্দা কোয়বা

ঐনা লৈকোন্দা কোয়বদা — শাৎপা উই। লৈশিং অদুগী মচু —। মনম নমত্নুনা য়েংবদা —। হনিগাইডস-শিংগী মচু —। লৈ অদুগী কুযোম — অমস্থুং লৈনা — পাল্লি। লৈগী মনুংদা য়েংবদা ষ্টামেন — অমস্থুং পিষ্টিল— য়াওবা উই। মখোয়গী মরক্তা — অদু মুনথ্র বগুম উই। — না লৈগী লৈহী চুপথোকখ্রে হায়বা খঙবা ঙম্মী। লৈহী চুপথোকখ্রবা লৈগী—,— অমস্থুং—না খুইথরকপা অদু ঐনা উবা ফংই।

লৈকোন্দা হৌরিবা লৈশিংনা শাৎখিবা তারিখ অদু নঙগী ডাইড়ীদা ইশিল্লু। লৈ অদুদা তোংলব্রিবা জীবশিংগী মমিং, লৈগী মহৈনা মুনখিবা নুমিৎ-অসিনচিংবা ইাশন্দুনা শাৎলিবা লৈদু অমতং হেক্লগা নঙগী ডাইড়ীদা চপশিন্দুনা

---

## মরূগী খোঙচৎ

কালেনথা অসি হৈনৌগী মতমনি। নুমিৎ খুদীংগী স্কুল কাবদা উরিবা, হৈনৌ পাম্বীশিংদা পাল্লিবা—মুল্লবা মহৈশিং অদু নখোয়না চানিংবা পোকলি। মী থুদিংমক্তা

হৈনৌগী হাওরবা মহৈশিংদু চানিংই। অশংবা হৈনৌ লৌরগা অমবোল চানৈ। কনা অমতনা হৈনৌগী মরু চানদে। উহৈগী অসিগুম্বা শদ্দক অসি হুন্দোকনৈ।

নখোয়না লৈকোন্দা কোয়থোক্পদা—মতৌ করম্না পাম্বীগী মপাল্দা লৈহী চেল্লক্পগে, তালশিংনা পাম্বীগী মহৈ ওলহনবদা তেংবাংবগে -হায়বা অড্ডু উরম্লগনি।



তংখায় খায়দোক্লবা হৈনৌ

হৈনৌগুম্না পাম্বী খরগী মরুসূ অহাওবা মতোংনা কূপশিল্লী। অসিগুম্বা পাম্বীশিংবু মরু হুন্দুনা শন্দোনৈ। হাওতবা মহৈ পানবা পাম্বীশিংবু কনানসূ মরু হুন্দুনা শন্দোক্লদে। অয়াম্বা পাম্বীগী মরুদি অশংবা কুয়োম্না কূপশিল্লি। নওনা মখোয় কয়াগী মমিং হায়বা ওম্বগে ?


পোক্‌খায়রিবা খুজং মহৈ

লৈকোন্দা হৌরিবা খুজং পাম্বীগী মহৈনা ইখও খওহৌদন। পোকখায়। মহৈনা মুল্লক্লবা মতমদা খজিক্তং লেংউববদি খওহৌদনা কুয়োম অদূ পোকখায়রকই অমসূং অসুমতৌনা মরু চাইথোকই। অশাবা কালেনথাগী মতমদা খুজং মহৈশিংনা পোকখায়রকপগী প্রেক-প্রেক লাওবা মখোল তাবা ফংগনি।

নুমিৎচুপ্পা লম-হাওদা চৎথোক-লুরবা মতুংদা মোজাদা পকলক্লীবা নাপী মরূশিংদূ লোৌথোকপা নুং-ঙাইব্রা ? ইতৎ-তত্তনা নাপী মরূ-শিংনা শা-ষণগী মতুদা পল্লককই। মায়োক্নবা লমায়দা য়েক্লিবা নাপী মরূ-



তেরা পাম্বা

শিং অদূ খঙবরা ? মখোয়শিং অদূ মুন্না য়েংউ। মখোয়শিং অসিনা করিগুম্বদা নখোয়বু খুদোংথিবা থোকহনখ ব্রা ? মরূশিং অসি পানবা পাম্বীশিংনা—জীবশিংদা নপথোক —নপশিন তৌদুনা মফম অমদগী অমা তান্না চংলি।

এপ্রিল থাদা তেরা মপাল্ পোক্খায়। অসুমতৌনা তেরা মফোলশিংনা অরাংবা উশাদগী পাইথরক্লি। মরূ পুবা মফোলশিংসি নুংশিংনা অতোপ অতোপ্পা মায়কৈদা হুমদুনা পুখি। অসুমতৌনা চারা শন্দোকই। নুমিৎলৈ মরূ য়েংবদা ছাতিন মওঙ মাল্লি। ছাতিনগী মতৌগুম্না,



কোচি পানবী মঙ্গ মরি
কৈথুজিন মানবী—চেংক্রুককলৈ
চুমথাং নমথীবী—শমপকপী

কুপলবা মশিংশিংনা মঙ্গগী মতোন্দা কাপথোকই। কাপ-থোকলিবা ছাতিন মানবা মশিংশিং অসিনা নুংশিত্তা পাইত্থনা চৎপদা খুদোং চাহল্লি।

য়ুবী পাম্বীদি অয়াম্বা মতমদা সমদ্রু মপানদা হৌই। উহৈনা মুল্লক্লবা মতমদা লৈমায়থক্তা কেল্লকই। কেল্লকলীবা মহৈশিংসি সমদ্রুগী ইচেলনা লমদম থাপনা পুখি। ইচেলদা তাওড়না চৎখ্রিবা মহৈশিংনা অতোপ্পা মফমদা পাম্বী

ওইনা হৌরুই। নওনা যুবী অমবু মুন্না য়েংলবদি-মতোং কুপশিল্লিবা অথাবা মকু অদূ উবা ফংগনি। অথাবা মকুশিং অসিগী মতেংনা যুবীশিংনা য়াম্না থাপনা সমদ্রগী ইচেলদা তাওন্না চৎখি।

কোচি পানবী মরুশিংনা শা-ষণগী মতুদা নপতুনা অতোপ-অতোপ্পা মফম য়োরকই। খরনা শিংলিবা নুংশিত্তা পাইখি। যুবী মহৈশিংবু অথাপপা তোর্ব্বান তান্না তুরেল অমসুং সমদ্রগী ইচেলনা পুরকই। হল্লাইথরাকশিংনা কংলক্লবা মতমদা মরূ য়োমলিবা কুয়োমড় পোক-খাইরকই। অসুম-তৌনা মসিগী মরু চাইথোকই।



যুবী পাম্বী

পাম্বীশিংগী মরূমদা অঙকপা কয়ামরুম লৈজুনসু মখোয়না ঐখোয়গী মতৌগুম্না মফম অমদগী মফম অমা তান্না চৎপা ওমদে। হিংলিবৈগী মতমদা মখোয়গী চৎথোক চৎশিন তৌননবা মতম অমুক্তং ফংজৈ—মতুদি মরু ওল্লক্লবা মতমদনি।



হুমিৎলৈ মক্ক




তংখায় খায়দোক্লবা যুবী

নওনা উহৈ অমা থেংনরুবদা মতৌ করম্না মদূগী মহৈ শনদোকলকপগে হায়বদু নওগী নমাননবশিংদা তাকপিয়ু।

নওগী মরু থমফমদা হাপনবগীদমক মখল মখা অয়াম্বা মরুশিং খোমজিল্লু।



মৈখেৎ উপু ময়াম পুনশিন্দুনা শেম্বা মক্ত থমনবা উপু

---

## করমতৌনা পাম্বী ওল্লকপগে

ঐখোয়গী পৃথীবী অসিদা হৌরিবা পাম্বী খুদীংমক পিকলবা মরূশিংদগী ওল্লকলিবনি হায়বা অসি খল্লুবদা থাজফম থোকতে। অদূম ওইনমক মসি অচুম্বনি। মতৌ করমতৌনা ঈশিং, নুংশিৎ অমসুং শাশিংগী নতেংনা পাম্বীশিংনা মরূ শন্দোকপগে হায়বা অদু নখোয়না খঙখ্রে। মরূশিংনা খোঙচৎ লোইরবা মতুংদা লৈমায়-থক্তা তারকই; মখোয়গী মতুংদা য়াওরিবা পিকলবা পাম্বী মচাশিং অদু থিন্দোকলক্লবগীদমক মতম ঙাইতুনা লৈ। অহল

ওইরবা পাম্বীশিংনা মখোয়গী পিকলবা মচাশিংবু থারবা কুয়োমনা কুপশিন্দুনা, কুয়োমশিং অদুগী মনুংদা চানবা চিঞ্জাক হাপচিনবিদুনা, অতোপ অতোপ্পা মফমদা থাদোক্‌লকই। অথাবা কুয়োম্, চিঞ্জাক-খাও অমসুং পাম্ব মচা অদু মরূশিংনা পোকখাইরকপা মতমদা উবা ফংগনি।

হরাইথরাক থরা হেক্লো। থরাক অদুদা পাল্লিবা মরূ অমতং হেক্তুনা য়েংলবদি অঙৌবা মমিৎ অমা উগনি। অঙৌবা মমিৎ অসি মরূগা থরাক্কা শম্নফমনি। মরূ য়োমশিল্লিবা থরাক্ অদু খোক্‌তোক্লগা মরূশিং









মমিৎ

মরূগী মনা পাম্বী মচা

অদু ঈশিংদা তিংউ। মতম থরগী মতুংদা কুয়োমশিং অদু পোপথোক্‌লক্কনি। পোপথোক্‌লবা কুয়োম অদু খোকতোক্লগা মরূগী মনুংদগী চোংথোকলকলিবা অথাবা,

অশংবা মচেৎ অনি উবা ফংগনি। মচেৎ অনি অসি মরম্বী মমানি। মরগা মনাদু নিংখিজনা খায়দোক্লগা য়েংলবদি, নখোয়না পাম্বী মচা অদু উবা ফংগনি। পিকলবা পাম্বী মচা অসিনা নখোয়গী ইংখোলদা হৌরবা হৱাই থরাক পাম্বী অচৌবশিং অদুগুম্না হৌগৎলক্কনি। মতম ওইরক্লবদা পাম্বীগী মহৈ য়াল্লক্কনি। হাওরবা হৱাই থরাক অদু নখোয়গী ইনশাং ওইরগনি।

মতৌ করম্না পিকলবা মরুদগী পাম্বীশিংনা চোংথোকলকপগে হায়বা অদু নখোয়না য়েংবা পামদ্রা? চাংয়েং অসি হোৎনৌ:—



খুদৈগী চাংয়েং

ঈশিং য়াওবা পাত্র অমদা খুদৈ অমগী মচি থম্মু। অতোপ্পা মচি অদু উপু অমগী মথক্তা শন্দোকউ। মরু থরা খুদৈ মথক্তা হাপপু। মরুশিং অদু পুখম অমনা কুপশিল্লু। অহানবদা পিকলবা মমিৎ অমা মরু অদুদগী থিনদোকলক্কনি। মতুংদা মনা পানবা পাম্বীগী মউ থোরক্কনি। অসুম তৌনা তপনা তপনা মরুগী মমুংদগী পাম্বীমচা থোরক্কনি। পাম্বীনা চাওখৎলকপা মতুংইন্না

মরুগী মনা অদূ অসুম অসুম পিকশিল্লকই। মরুদা য়াওরিবা চিঙ্গাকশিংদু হৌগৎলকলিবা পাম্বীমচাশিংনা চাখোকই।



থরাক পাম্বীগী হৌরকফম

মরুদা য়াওরিবা চিঙ্গাকশিংনা লোইশ্রবদা পাম্বী মচা অদু শিথিগনি। মফমচানা নওগী ঈংখোলদা লিং-খোকশিররবদি পাম্বী মচাদু হিংগনি। পিকলবা মরুনা লৈপাকক্তা শোকনবা ওমগ্রবদি, মসিনা লৈপাক্তগী চিঙ্গাক লৌগনি। অসুম তৌনা পাম্বী অদু চাওখৎলক্কনি।

কালেন থাদা নখোয়না লমহাংদা চৎখোকপদা মনা থিল্লগৎলকল্লিবা হৈনৌ পাম্বী মচা থেংনবা য়াই। চেকশিন্না মদু লৈমায়থক্তগী থাঙৎলগা মরুগী মনাশিংদু য়েংউ। মতৌ করমতৌনা মরুনা তাখিবা মফমদা পাম্বী

মচাশিং হৌগৎলকলিবনো হায়বা নখোয়না খঙবা ঙম্বরা ?

নখোয়গী ইংখোলদা লৈকোল্ মচা অমা শেম্মু। লৈকোল্ অদুদা মখল মখা অয়াম্বা হরাই পাম্বী থাউ। নুমিৎ খুদীংগী মফম অদুদা চত্তুনা মরূশিং অদুদগী পাম্বী মচা থিনগৎলক্লবরা য়েংউ।

নখোয়না হেক উরুবা মরূ মথে থায়দোক্তুনা মতুনা য়াওরিবা মরুগী মনা অমসুং পাম্বী মচাশিংতু য়েংউ।

হরাই মরু অমা থাওমৈগী চেম্মনি অমসুং কোন-শিল্লবা ব্লোটিং পেপার অমগী মরক্তা থাও। অসুম্ তৌবদা নখোয়না অহান-বদা লৈগী গমলা অমদা লৈবাক হাপ-চিল্লু। য়েকলিবা লাই অসিদা তৌ-রিবা অসিগুম্মা মতুগী মথক্তা চেম্মনি অমা থম্মু। চেম্মনিগী মনুংদা ব্লোটিং পেপার অমা কোনশিন্দুনা হাপ্পু। ব্লোটিং পেপারগী মনুংথংবা শরুক অদু হোরাই মকুপনা পিকথন্না হাপচিল্।



চেম্মনিগী চাংয়েং

মদু নুমিৎ খুদীংগী ঈশিং চাইত্তুনা চোৎহল্লু। হৌজিক মরূ অদু করম্ তৌরকপগে হায়বা য়েংউ।

# ইংখোল কোইবা

নুমিৎ খূদিংগী ইংখোলদা অনৌবা অঙকপা
ীদোক কয়ামরুম থোকলি। পোমলম্বা লৈশিংনা
ৎকাইদুনা ফজববা মচুগী লৈশিং ওইরকলি। লৈহী
ম্বা জীবশিংনা অতৎপা লৈতনা পাইরি। পাম্বী খরনা
দ্ধ চাইথোকলি, খবনা মব্দগী পোক্ খাইরক্তুনা
া থিনগৎলকপদা মঙাইরি। ইংখোলগী পুনসি অসি
য়াদা নুংঙাইথ্রবনো।

যুমদা ঐখোয় ইশামব্রী ইংখোল্ মচা অমমম্ কো-
া অসি য়াম্না নুংঙাই। পাম্বীশিংবু য়াম্না চেক্শিন্না
াগদবনি। মখোয়বু নিংথিজনা থাবা অমদি মখোয়না
মলিবা পোৎশক্শিং অদু পিবনা ইংখোল্ কোইবা
খোয়গী ইথৌনি। পাম্বী খবনা নুংশা মঙাল্ পাম্মী;
তাপ্পা খরনা উরুমলাংবা মফমদা হোই। খরনা ঈশিং
ম্না পাম্মী; খরনা ঈশিং ইয়াও য়াওদনা হোই।
বীচৎপী পাম্বীশিংনা কাননবা শগাই দরকার ওই;
াক্ পাম্বীশিংনা মনাক্তা য়ুংলিবা উশাশিংদা য়েৎলি।

নখোয়গী ইংখোলদা ইংখোল মচা কোয়নবগীদমক
দাংচাবা মফম্ অমা থল্লু। অয়াম্বা পাম্বীশিংনা নুংশা
াল্ পাম্বা মরম্না নুংশা ফংবা মফম্ অমা য়েংউ।

লৈপাক তৌবা হায়বা অসি য়াম্না অকন্বা থবকনি। তৌইগুম্বসুং মদু তৌদবা য়াদে। ইংখোদা হৌরিবা পাম্বীশিংবু মতিকচানা মহৈ য়ানহনগে নিংলবদি লৈপাক অদু য়াম্না লুনা তৌথোক্পা তাই। তৌথোক্লবা লৈপাক অদুদা হার খর হাপলো। চেকশিনগদবদি হার হাপলবা লৈপাক অদু ক্রোং ক্রোং লাওহনগদবনি।

পাম্বীশিংবু থানবগীদমক খুদোংচাবা মতমদি ঋতু খুদীংমক্কী হৌগৎলক্পদনি। করম্বা পাম্বীশিংনা করম্বা মতমদা থ্বাইদগী হেন্না হৌগদগে হায়বা অদু মালিশিংনা নখোয়দা তাক্কনি। হুনবা মতমদা মন্ন অনিগী মরক্তা লৈরিবা মফম অদু খরা খরা হাংহনগদবনি— মরমদি পাম্বী খূদীংমক্তা হৌগৎলক্নবগীদমক মতিকচাবা মফম থাক্কদবনি। মরুওইনা মন্ন হুনগদৌরিবা মফম অদুগী



পাম্বী য়োক্পা

লৈপাক্ক অদু চনপ্‌ চনপ্‌ লাওহল্লোইদবনি নত্রগা ইফুল-গুম্নসু ক্ষুপহল্লোইদবনি। মরূ খুদিংমক্কী কাঙখুল্‌ অদু ইঞ্চি অমদগী হেন্না লুহল্লোইদবনি। নোনা হৌগৎলক্ক-ইবা পাম্বীশিংবু কা হেন্না নুংশা মঙাল্‌ ফংহল্লবদি শি হায়বা অসি কাওরোইদবনি। মালিশিংনা মখোয়বু অশাবা কালেনগী নুংশাদগী ঙাক্‌থোকন্নবগীদমক্‌ ফক্‌ নত্রগা লফু তুংগ্যা মচেৎনা খল্লি।

নোরিবা পাম্বীশিংবু মৱাহুনফমদগী অতোপ্পা মফমদা পুথোক্তূনা থাববু "লিংথোক্‌পা" হায়না খঙনৈ। লিং-থোক্‌পগী খ্বাইদগী হেন্না খুদোং চাবা মতমদি নুংশা শাদবা অমদি নুংশিৎ কন্না শিত্তবা নুমিত্তনি। লিংথোকপা মতমদা নোরিবা পাম্বীশিংগী মরা অদু লৈপাক্কা লোই-ননা ফুকুউ। অপিকপা মরাশিংদু কেনখিদনবা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনো। মফম্‌ চানা থারবা মতুংদা মতিক-চানা ঈশিং চাইবিয়ূ।

পাম্বীশিংনা কয়া য়াম্বা চাংগী ঈশিং দরকার ওইবগে হায়বা অসি নোনা ইংখোল্‌ কোইরিবা ঐখোয়গীদমক য়াম্না লুবা ৱাফমনি। করি করিগুম্বা পাম্বীশিংনা ঈশিংগী দরকার ওইদে। মনা কেম্নরুবা পাম্বীশিংনা ঈশিং দরকার ওই। য়েকলিবা লাই অসিদা পাম্বীশিংব ঈশিং



পেরেনা ঈশিং চাইবা



পেরে লোথোক্লগা চাইবা

চাইবগী অচুম্বা নিয়মশিংদু উগনি। অপিকপা পাম্বী-শিংগী মথক্তা চাইবা মতমদা ঈশিং মরিক অদু অকুপ্পা নোংলিক্‌কুন্না তাহনগদবনি। তৌইগুম্বসুং অৱাংবা পাম্বী চাইবা মতমদদি ঈশিং চাইনবা পাত্রগী পেরে অদু লোথোক্তুনা চাইবা য়াই। ইংখোল কোইবা মীশিংনা লুমিদাংৱাইরমগী মতমদা ঈপিং চাইনৈ। করিগীদমকনো নখোয়না হায়বা ওম্ববরা?

লুমিং থৃদীংগী নখোয়না কোইরিবা ইংখোল মচাদা চত্তুনা থারিবা পাম্বীশিংগী মরক্তা নাপী-শীংনা হোগৎ-লকপরা য়েংগদবনি। নাপীনা লৈপাক্তা য়াওরিবা লৈহাউ লোথোকই। মরম অসিনা মখোয়বু মতমচানা ফোইদোকহৌদ্রবদি নংগী ইংখোল্দা হৌরিবা পাম্বীশিংগী চিঞ্জাক লোইথোকখিগনি। নাপী ফোইদোকপগী খ্বাইদগী

চুম্বা নিয়মদি মখোয়শিং অদু য়াম্না চেকশিন্না থুংনা ফোইদোক্কদবনি। করিগুম্বদা মরু খজিক্কং লৈহোৌরবদি হান্নগুম্না হোৌগংলক্কুনা নখোয়দা হন্না হন্না অৱাবা পিরবা য়াই।

নখোয়গী ইংখোল্গী অকোইবদা শম্বললৈ থাবা য়াই। অশাংবা নালা অমা তৌরো। মদুগী মনুংদা শম্বললৈ



শম্বললৈ থাবা

মশা মকক্শিং থাজিল্লু। য়াম্না থুনা মশাশিং অদু মরা চংলক্কনি। অসুম-তৌনা নখোয়গী লৈকোলগী ফজবা হেনগংহনগনি। চাওরক্লবা মতমদা শম্বললৈশিং অদু মতম চানা চানা ককথংলু; মরক্তা হোৌগংলকলিবা নাপীশিংদু ফোই দংলু।

সহরগী ময়াইদা লৈদুনা ইংখোল্ কোইনবা মফম্ ফংদ্রবসু নিংবা কাঙবা তৌগনু। লৈ থানবা গমলা

খরা লৈয়ু। মতুগী মনুংদা নওনা পামগোবা লৈশিং অদু থাউ। অহনবা গমলাশিংবু ঈশিংনা শেংনা চামথোক্ল-গা কংহনগদবনি। চফু অকায়বা মচেৎ খরনা গমলা মনিংগী অহোবা অদু মেনশিল্লু। মতুগী মথক্তা হার হাপলগা—হাবগী মথক্‌থংবা শব্দক অদু লৈপাক হাপ-তুনা কুপ্‌শিল্লু। হার কুপশিল্লিবা লৈপাক অদু গমলা পিক থলহন্‌গন্থু; গমলা থন্‌গদবা ইঞ্চি অমরোম য়াংনা হাপ্পু। গমলা অদু চেক খবদা থাঙ্কৎতুনা থম্মু। অমুম তৌরবদি ঈশিং চাইবা মতমদা অহেনবা ঈশিং অদু চেনথখিবা ঙমগনি।

ফজবা লৈশিং অসি ইংখোল কোয়বশিংগী লেম জনফমনি। মখোয় অদু মেংবদা অরা পোথানিঙায় ওই। নুমিৎ খুদীংগী য়ামদ্রবদা মতম খরা খরদং ইংখোল্ কোইনবগীদমক্ কাইথোক্‌পা ফে। অমুম তৌববদি ঈশ্বরনা শেম্বীরম্ব। মহৌশাগী ওইবা লেংলি পাল্লিবা পোংশিং অসিদগী থোইনা হেন্না ঙকনিঙাই ওইবা অতৈ অতোপ্পা পোংশক্ অমা লৈতে হায়বা অসি নখোয়না খঙবা ঙমগনি।



গম্‌লাদা লৈ থাবা

মলি অমা উন্নৌ অমস্তুং নখোয় নশামক্কীগীদবক্ খঙজিল্‌হে ঃ—

(ক) উকম্ পাম্বা পাম্বীশিং

(খ) মবি চৎপী পাম্বীশিং

(গ) শিজিন্নবদা খ্বাইদগী হেন্না ফবা হার

(ঘ) লৈপাকৃত হার হাপ্পগী নিয়ম

(ঙ) লিংথোকগী অচুম্বা নিযম্

(চ) পাম্বী খুদিংমক্কা দরকার ওইবা ঈশিংগী চাং।

ঋতুগী অবোইবদা লৈগী কুম্মৈ অমা তৌ। কনানা পুথোব্‌লক্‌পা লৈনা খ্বাইদগী হেন্না ফজবগে হায়বা অদু নখোয়গী নথক্‌খোংবশিংদা থল্‌হল্লু।

মথংগী লমাযদা যেকলিবা লাইশিং অসি শিন্দোক-উ অমস্তুং মখোয় খুদিংমক্কী মখাদা কান্নবশিং অদু তাকউ।

---

## মালিগী য়েক্লবশিং

ইংখোলদা হৌনিবা পাম্বীশিংগী মরক্তা মশীংলাক-ঙমদ্রবা তীলশিং লৈবি। লৈমাইথক্তা, তেমপাক মরক্তা; লৈনাশিংদা অমদি উতোন্-রাতোনশিংদা মখোয়না লৈবদু উবা যংগনি। তীলশিংগী মরক্তা খরনা পাম্বীগী




(১) চৈরোং মান্বী (২) মোরার (৩) উকায় মান্বী (৪) স্পেড
(৫) রোলার (৬) কাতি (৭) থুং-শা মানবী (৮) ত্রোয়েল।

মরূপ্ ওইরবসু মখোয় অয়াম্বনা পাম্বীশিংগী য়েক্ল-বনি। পাম্বীশিংগী অশঙবা মনা অমসুং নিংথিজরবা লৈশিং উবদা অতোপ্পা জীবশিংনা চানিংবা পোকলি।

মালিগী য়েক্লবশিংগী মনূংদা ঐখোয় অয়াম্বনা খ্বাইদগী মুন্না খঙনরবদি তৌলাইখোম্বোনি। নোংজুথাগী মতমদা যেনিংহুল্লকইবা পাম্বো খুদিংমক্তা তোংহুনা উনা চারিবা তৌলাইখোম্বীশিং উবা ফংগনি। পিক্লবা মিহৌচাওববা তৌলশিং অসিনা কৈদৌঙৈদসু চাবগী অপেন্বা লৈতে।

ষণ, ইরোই, য়াও, হামেংনচিংবা জীবশিং অসিনা মতম খরদংগী মনূংদা ঐখোয়গী ইংখোলবু নৈথেকপা ঙম্মী। মরম অসিনা অয়াম্বা মতমদা মখোয়শিং অসিবু ঙাক্থোক্নবগীদমক ইংখোলগী অকোয়বদা মতিকচানা শম্বল্ খাগদবনি।

মশামক্পু তপনা তপনা চিংহুনা, মতূংদা অরংবা লম্বী পরেং থমহুনা—থরোই অমসুং নাকলশিংনা চংলি। নখোয়না ইরাই লায়না মখোয়গী খেন্নব খঙবা ঙমগনি। থরোইনা মাগী কুয়োম্ অহু মনঙ্গলদা পোহুনা পুই। অয়ুক নুংথিলগী মতমদা মখোয়শিংসি লোংতুনা লৈ। নুমিদাংগী মতমদা পাম্বীশিংদগী মচিঞ্জাক্ চায়।

অয়াম্ব জীবশিংনা পান্বীশিংদা য়াম্বহুনা পাল্লিবা উহৈশিংবু উবদা চানিংবা পোক্লি। করি করিগুম্বা মতমদা মালিশিংনা উতোন্দা কোক্ঙৌ তিননাচিংবা যান্দুনা থম্মী। থৌরি অমনা তিন্ অড়ু পুনশিল্লি। থৌরি চিংবদা তিন্গী মখোল্ থোকই। অসুমতৌনা উচেক্শিংবু কিহন্দুনা তান্থোকই। নত্রবদি মখোয়না উহৈশিংডু চাথোকখিবা যাই।

য়োংশিংনা অমুন্বা উহৈ পাল্লিবা পাম্বীশিংদা লান্দরকপা য়াই। অসুমতৌনা মালিশিংবু খুদোংথিবা পিরবা য়াই। হন্না হন্না তানথোকপনা মখোযবু কিহনবা ঙমদে। অদুক্কী মতিক্ ভানথোকলিবা মখৈ মখোয়না মালিগী মাঙননবা ভার উতোন্দা মমৈ মা়কাক্ ওম্থোকতুনা যানগা। তুমদুনা লৈরিবা ময়াং-শেকপীগী শঙ্ক্শিংডু নখোয়না



উরগল্লনি। নুমিদাংব্লাইরমগী মতমদা মখোয়না শঙ্গৃ শঙ্গৃ পাইদুনা মচিঞ্জাক থিবা চৎলি। মীহৌচাওরবা জীবশিং অসিনা চারুবিবা উহৈ খুদিংমক মাঙহল্লি। ইতৎতত্তনা মখোযনা চাবিবা উহৈ অদু লোইফাত্রিঙৈদা অতোপ্পা উহৈ অমা হোংদুনা চায়। মখোয়গী ফজ্রবা লমচৎ অসিগীদমক মাশিংনা কবি করিগুম্বদা মখোয়বু শাইরোংনা কাপতূনা হাংলি।

পাম্বীশিংগী যেক্রবা কযামকুম্ লৈ হায়বা ঐখোয় পুন্নমক্লা খঙলে। মবম অসিনা থারিবা পাম্বী খুদিং-মকপু য়েক্লবশিং অসিদগী কন্ননবা হোৎনবনা ঐখোয়গী ইথৌনি। পাম্বীশিংগী মাঙননবা তৌবা অতৈ অতোপ্পা অপিকপা তীল কযামকুমস্তু শৈরি। ঐখোয়গী ইংখোল্‌বু হায়রিবা মখলগী তীলশিং অসিদগী ঙাকথোক্লবা হোৎনগদবনি।

---

অতকৃপা লাই:

হিংচাবা অসি মালিগী য়েক্কবা মঙান৷ পূনসিন্দুনা শেম্বনি। মখোয় কয়াগী মমিং নঙনা হায়বা ঙম্বগে?



করিগুম্বদা নখোয়গী ইংখোলদা হিংচাবা অসি থেংনগ্রব্রা?

---

## মালিগী মরূপশিং

ইংখোলদা লৈরিবা মথৌ পাংথোক্লিবা মালিগী মরূপশিংদু নখোয়না উরম্লগনি। মখোয়শিং অদু পোলেন্ পুবা কাংবুনি। মখোয়না পাম্বী অমদগী অমা তম্না পাইদুনা লৈহী চুপত্রবদি পাম্বীশিংনা মহৈ য়ানবা ঙম্-লম্লোইদবনি। মালিশিংনা পাম্বীগী মরূশিং খোমজিল্লি অমসুং মখোয় অদুনা পাম্বীগী চারা হুল্লি। পোলেন্ পুবা কাংবুশিং অসি নত্তবা মালিগী অতোপ্পা মরূপ্ কয়ামরুমসু লৈরি। মখোয়না মালিগী য়েক্কবশিংবু হাৎ-তোক্ই।


মফম তরুক লাংবা শন্দ্রেনবী

নখোয়না শনদ্রেন্‌বী উগ্রব্রা ? মসি কমলা মচু মানবা–মনঙ্গল-দা অমুবা দাগ লৈবা তীল জাৎ অমনি। ফজরবা অপিক্‌পা তীল মচা অসিনা পাম্বোশিংদা পক্‌লিবা, “ পাম্বীগী হীক ” হায়না খঙনবা, অপিক্‌পা তীল মচাশিংবু চাথোক্তুনা মালিগী মতেং পাংই।

পাম্বীগী মনাক্তা পাইদুনা অপিকপা তীল-কাও থিরী-বশিং অদু মশীং লাক্‌ওমদ্রবা চরাংশিংনি। পারবা মশাগী মতেংনা মখোয়না য়াম্না য়াওনা পাইবা ঙম্মী। মখোয়গী থোরবা মমিৎনা তীলশিংবু য়াম্না অরাপ্পদগী উবা ফংই।


চরাং


হয়ীং অচোবা

হয়ীং অচৌবশিংনা লৈগী লৈহী চূপ্পা লাকৃপদা পোলেন্ পুথোক পুশিন্নগী থবক্তা তেংবাংই। মকোল দা লৈহোরিবা অপিকপা মচাশিংবু পিজনবগীদমক পাম্বীদা তোংলিবা তীলশিংবু ফাড়ুনা মখোয়না মালিগী মতেং পাংই।

ইংখোলদা লৈবা মিশিংনা নমথাক্কী লাং শাদুনা তাল-কাঙ ফাবি। অপিকপা জীব অসিনা লাংদা থুরিবা তীলশিংবু চানবগীদমক ঙাইদুনা লৈরিবদূ নখোয়না উরমলগনি। মিশিংনা, মিকুপ্ অমগী মনুংদা, লাংগী অনপ্পা লংনা পুনশিল্লবা তীলশিং তম্না হোৎচিল্লি।



ইংখোলগী মি

নোংজুথাগী মতমদা মশীং লাকঙমদ্রবা তীলশিং থোরকই। পুখ্রিদা থোংলিবা হঙোইশিংগী "গো-গো" লাউবা মখোলস্থ তারি। হঙোই তাংশাং অমসুং হঙোই

বোরাবীশিং অসি মালিগী চান্নরবা মরূপশিংনি। পাই-বিবা তীলশিংবু ফানবগীদমক মখোয়গী মরৈ তিংথোকই।



নুমিদাংগা মতমদা নাকন্‌শিংনা য়াম্না চেক্‌শিন্না তপ্‌না তপ্‌না চৎলি। হওোইশিংগা থেংনরুরবদি মখোয়বু চাথোকপিখিবা য়াই।



অয়াম্বা তীলশিংনা ঐখোয়গী ইংখোলদা হৌরিবা পাম্বীশিংবু মাংহল্লি। উচেকশিংনা উহৈ খর মাংহল্লবসু মশীং লাকওমদ্রবা তীল কাও কয়ামরুম ফাড়ুনা চাথোকই। মরম অসিনা ইংখোলদা তারিবা উচেকশিংবু কিহন্দুনা তান্‌থোকপা চুমদে। করিগুম্বদা নওনা তানথোকলুববদি য়াম্না থুনা তীলগী মশীং হেনগৎলক্কনি অমসুং মমৈথংদা নখোয়গী পাম্বীশিংবু মাওহল্লগনি।



হওোইনা তীল ফারি

তীন্থ্রোক্‌শিং অসিসু মালিগী মরূপনি হায়বা নখোয়না খঙলবরা ? ভথোবা য়োৎপাকনা মালিশিংনা লৈপাক ওন্থোক ওনশিন তৌরিবা অদু নখোয়না উরমলগনি। অসুম তৌবদা তীন্থ্রোকশিংনা মালিগী মতেং পাংই। মসিনা লৈপাক্তা হুৎচিনখিড়ুনা লৈনুংদা

নুংশিৎ চঙহল্লি। পাম্বীগী মরাশিংনা চঙলকলিবা নুংশিৎ অদু নুংশা শ্বর হোনবদা শিজিন্নে। উনা অকংবশিংবু মালিশিংনা হার শেম্মী। তীম্থোকশিংনা উনা অকংবা চায়। মখোয়গী চিঞ্জাক অদু লৈনূংদা চিংশিল্লি। তীম্থোকনা লৈনুংদা চৎপা মতমদা লৈ-ইনখৎলকই। অসুমতৌনা ইনখৎলকলিবা লৈপাক-শিংনা মখোয়গী চিঞ্জাক্কা তিন্নখি। মতৌ অসুম তৌনা পিকলবা তীলশিং অসিনা মালিগী মতেং পাংই।

ইংখোলদা হৌরিবা পাম্বীশিংবু পিকলবা তীলশিংনা মাংহল্লি। মালিগী লাইবক ফবনা পিকলবা তীলশিং অসিবু মাঙহনবা ঙম্বা অতৈ অতোপ্পা জীব কয়ামরুম লৈরমলে। অসিগুম্বা জীবশিং অসি থিয়ু অমসুং মখোয়গী মমিং খঙজিল্লু। নঙগী ইংখোল্লবু ঙাকথোক-পদা মখোয়না মতেং পাংগনি।

নহাক নশামকপু হুরানবা ফাবা মীনি হায়না খল্লো। অযুক অঙনবদা নঙগী ইংখোলদা খোঙ্গূলশিং অসি থেংনরবদি নঙনা মখোয় কয়াগী মশক খঙবা ঙমগদগে ?



মখোয়শিং অসি নঙগী ইংখোলদা উগ্রীবরা ?

---

# হঙোইগী পুনসি

অরাবদি-ঐখোয়গী মরূপ হঙোই অসি কালেনথা অমসুং নিথমথাগী মতমদা ঐখোয়গী ইংখোলদা উবা ফংদে। হায়রিবা মতম অসিদা অপিকপা জীব অসি পুখ্রিঃ মখাদা লৈখোম মনুংদা তুমদুনা লৈ। হঙোই-শিংগী মশাদা চিঙ্গাক তুংশিন্দুনা থমনবা মফম অমা লৈ। তুংশিল্লিবা চিঙ্গাক অসি মখোয়না তুমলিঙৈগী মতমদা শিজিন্নে। নোংজুথাগী মতমদা হঙোইশিংনা লৈনুংদগী চোংথোরকই। মখোয়গী "গো-গো" খোংবা খোঞ্জেল্ অদু নুমি-দাংগী মতমদা ময়েক লানা তাবা ফংই।

নোংজুথাগী অহানবা থাখায়দা হঙোই মরূমশিংনা ঈশিংদা তাওবা উগনি।



ঈশিংদা তাওরিবা হঙোই মরূম

পূনশিন্দুনা লৈরিবা মরূমশিংডু য়েংবদা কোঙ্গোলগী চবুল মাল্লি। নুমিৎ খরগী মতুংদা অপিকপা অমুবা ঙাচকশিংনা মরূম অসিদগী চোং-থোরকই। অসুমতোনা মখোয়না ঈশিং মনুংদা হৌরিবা পাম্বীশিংদা য়ান্দুনা লৈ।




ওয়ঃ মরূমদগী চোংথো-
বকলিবা ঙাচকশিং
য়েৎঃ ঈশিং মনুংগী
পাম্বীদা য়ান্দুনা লৈ-
বিবা ঙাচকশিং।




ওয়ঃ মশাইগুপ্ পাল্লবা
ঙাচকৃশিং
য়েৎঃ মশাইগুপ্ কেন-
থ্রবা ঙাচকৃশিং।




ওয়ঃ তুংগী মখোঙ থিন-
দোকবল্লবা ঙাচকৃ
য়েৎঃ মখোঙ মরি পাল্ল-
বা ঙাচকৃ।

নুমিৎ খরগী মতুংদা ঙাচকৃশিং অসি মথল্লাই পানবগুম উরকই। ইরোইড়না কোয়চৎ চৎলকৃই। অপিকপা ঙা মানবা জীবশিং অসিগী মমিৎ অনি পাল্লি। ময়াগীদমক অপিকপা মচিন্ অমসু য়াৎলি। পংকুই কুইদনা মখোয়না চানবগীদমক ঈশিংদা হৌবা অপিকপা পাম্বীশিং থিরকই।

অহানবদা ঙাচক খূদাংমক্কী মকোক্কী নাকল অনি-মক্তা মশাইগুপ অনি অনি লোংথোরকই। মখোয়শিং অদু কেনখ্রবদা নুংশা শ্বর হোনবগী থবক রসি মকোক মনুংদা পাল্লিবা মশাইগুপনা পাংথোকই। মতম অসিদা ঙাচকশিংনা ঈশিংগী পাম্বীশিংবু চাবতা নত্তনা অপিক অপিকপা তীল কংঙসু ফাদুনা চায়। অপিকপা ঙাচকশিংবু অচৌবা ঙাচকশিংনা চাথোকই। মরম অসিনা অচৌবা ঙাচকশিংনা চাখিদনবা পিকলিবা ঙাচক-শিংনা য়াম্না চেকশিন্না লৈবা তাই।

চয়োল খরগী মতুংদা ঙাচক্কী মতুং থংবা মখোঙ অনি থিন্দোক্লকই। মসি হঙোই ওল্লকপগী অহানবা খুদমনি হায়না খঙনৈ। মমাঙগী মখোঙ অনিদু থিন্দোক-লকপদসু চয়োল কয়ামরদ্রম চংলি। হৌজিক্তি ঐখোয়না অপিকপা জীব অসিবু ঙাচক হায়না খঙনদ্রে। মরমদি মসি হঙোই মচা অমা ওইরকলে। হঙোই মচানা কং-ফাল কাবা পামলকলে। নোংমগী মনুংদা য়ামদ্রবদা মতম খরদং ওইরবসু পুম্নি মপান্দা চোংথৎতুনা কুল্লি। মখোয়গী মশাদা য়াওরিবা পিকলবা নুংশিৎ খাওশিং অদুগী মতেংনা মখোয়না মীগী মতৌগুম্না কংফালদা নুংশা শ্বর হোনবা ঙম্মী।







মথক্ঃ হঙোই মচা
ময়ায়ঃ কুবোল হুদোক্‌খ্রবা হঙোই পাখঙ
মখাঃ হঙোই অহল।

অসুম অসুম চাওখৎলক্‌পগা লোইননা মখোয়গী কুবোল্ অদু চেৎশিল্লকই। মমৈথংদা কুরোল অদু চেৎখাইদুনা কেনখি। কুরোল্ হুদোকখ্রবা হঙোইমচাগী অনৌবা কুয়োম অদু য়েংবদা য়াম্না নিংথিজৈ। পুখ্রিমপানদা হৌরিবা অশংবা নাপী মচু মাল্লি। হঙোই মচাগী মমৈ অদু অসুম অসুম তেনশিল্লকই। অসুমতৌনা য়াম্না থুনা মখোয়না হঙোই অহলশিংগা মান্নরকই।

নখোয়না ঙা ফাবা চৎপদা ঙাচকশিং উবরা য়েংউ। মখোয়বু নযুমদা লোইযু। মতৌ করমতৌনা ঙাচক্‌তগী হঙোই ওল্লক্‌পগে হায়বা অদু নখোয়না উবা ফংগনি।

নিংথমথাগী মতমদা ইংখোল্ মনুংদা তারিবা অচৌবা নূংপাকশিং অদু হায়গৎতুনা য়েংউ। তুমদুনা লৈরিবা হঙোইশিং অদু উবা ফংগনি।

## ঙাচক্ য়োক্পা

ঈশিং য়ুদবা খুদেং অহনবা অমা লৌবো। পুখ্রিদগী ঈশিংনা খুদেং অদু পিক্ থনদ্রিবা ফাওবা হাপ্পু। হৌজিক্তি ইশং কাবা অচৌবা নূংতুম খরা খিরগা খুদেংগী মনুংদা হাপচিল্লো। হাপচিললিবা নূংতুম অদু



খুদেংদা ঙাচক্ য়োক্পা

ঈশিং মথক্তা থিনগৎহল্লু। খুদেংগী মনূংদা চারাংনচিংবা ঈশিংগী পাম্বী খরসু হৌহল্লু। নখোয়না হঙোই মরূম নত্রগা ঙাচক্শিংবু ফংলুবা মতমদা খূদেং অদুদা হাপচিল্লু। হঙোই ওল্লকলবা ঙাচকশিংনা তীল কাঙ পাম্মী হায়বা নখোয়না খঙবা ঙমগনি। অপিকপা তীল কাঙ ফাদুনা থাদবদা মখোয়না লাক্লদুনা চাবা উগনি।

---

## থরোইগী শাগৈ

"থরোইগুম্না তপ্পী" হায়বা অসি মৈতৈ পাও-রৌদা ইতৎতত্তনা শিজিন্নে। অওইবমক থরোইশিংনা য়াম্না তপনা চৎলি। ঘড়ীগী পুংজা কাটাগী খোঙচৎ-তগী খজিক্তুং য়াঙখৎনা চৎলিবা থরোইশিং অসি হেক উবদা মফম ইরেং লেংদবগুম উই।

নখোয়গী পুখ্রিদগী থরোই অমা ফাউ। মচু লিক-লিগী পাত্র অমদা যোকউ। পাত্রগী মমায় অদু থরাই নত্রগা য়োৎকী জালি অমনা কুপশিল্লু। থড়াই মথক্তা অদ্দম্বা নুং নত্রগা চেকতুম অমা নন্‌শিন্দুনা থম্মু।



থবোই য়োকপা

পাত্রগী নাকন্দা কাখৎলক-লিবা থরোইগী মখোঙ উবা ফংগনি। নান্‌থখিবা মতমদা মসিগী মখোঙ চিংশিনখি। অস্সুম তৌবদা অনান্‌বা লৈনাংগী পরেং অমা থনমই। কংলকলবা মতমদা থনমলিবা পরেং অদু অরংবা মচু ওইরকই। মসিবু থরোইগী লম্বী হায়না খঙনৈ। নঙনা য়োক-

লিবা থরোই অড়ু কোবী মনা পী:জো। মতোকরম্না মহাক্না চাবগে য়েংউ।

থরোই য়াম্না কিগ্নবা জীবনি। খজিক্তং শোক-লুরবদি য়াম্না থুনা মহাক্না মহাক্কী অকনবা অমসুং অহোবা কুয়োম মনূংদা চংশিনখি। কুয়োমগী অহোবা মচিল অড়ু অপাকপা মমায়না খুমজিল্লি। অস্তুমতৌনা মহাক্না খুদোংথীগদবদগী নানথোকপা ঙম্মা। থবোই অহাম্বা অমা থূগাইরবদি মনুংদা লৈরিবা য়ূম্বী অড়ু উগনি। থরোইনা মহাক্কী মশা অড়ু য়ূম্বী অড়ুদা য়েৎ-শিনড়ুনা লৈ।



ভংখায খাযদোকলবা
থবোই অহানবা

অয়ূক ন্নুংথিলগী মতমদা থরোইশিংনা অহোবা লৈক্রুক্, অরুবা ঈশিং নক্রগা উনা-শিংনা মরক্তা লোৎতুনা লৈ। থরোইশিংনা ন্নুংশা মঙাল খাঙবা ঙমদে। ন্নুংশা থোক্তবা ন্নুমিত্তা মখোয়না পুখ্রি মপান্দা কাখৎলকই। অয়ূক অমসুং ন্নুমিদাংব্রাইরমগী মতমদসু থরোইশিংনা পুখ্রিগী লৈরায়দা কাখৎলি। মশা চাওখৎলকৃপগা লোয়ননা থরোইগী কুয়োমসু চাও-থোরকই।




থরোইগী মকোই মরি পাল্লি। অনিথকতি শাংই। মখোয়শিং অসি খুৎকী মতৌগুম্না খিন্দোক-থিংজন্ তৌবা য়াই। অশাংবা মকোই অনি মতোন্দা থরোইগী মমিৎ পাল্লি। মমিৎ পান্দু-থরোইশিংনা নিংথীজনা উবা ফংদে। অচুম ওইনমক অমম্বা অমসুং অঙানবগী থেন্নবদি য়াম্না নিংথী-জনা খঙবা ঙম্মী। মকোইশিং অসিগী মতেংনা মহাক্কী লম্বী খঙই। মচিঞ্জাক থীবদসু মকোইশিংনা মতেং পাংই।



উনারক্তা নত্রগা অহোবা মখুলশিংদা থরোইনা অপি-কপা মরূম কোকই। অপি-কপা থরোইশিংনা মনঙ্গলদা থোইনা হেন্না পিকপা কুয়োমশিং পোচুনা মরূম-দগী চোংথোরক্কনি।

পুখ্রিদগী থরোই থিয়ু। করিগুম্বদা লাইবক ফত্তুনা মথকঃ থয়োই মরূম, মখাঃ থরোইমচা



**থরোইগী শাগৈ** ( সমক্ত মপানগী কুয়োম্শিং )

[১] মোইবুং [২] ভিংখং পানবী [৩] চোয়কোন মানবী [৪] কোংগ্রেং মানবী [৫] লিকোল [৬] মশাপানবী [৭] হুমায় মানবী [৮] কোংগ্রেং [৯] থরোই মানবী [১০] কোকল।

অমতং ফাবা ফংলবদি নখোয়গী থরোই য়োক্ফমদা হাপচিল্লু।

হঙোইগুম্না থরোই য়াম্না তুমগনবা জীবনি। নোংজু থা চূপ্পা মখোয়না মচিঙ্গাক্ চায়। অসুমতৌনা নোয হল্লি। নিংথম খাগী মতমদা লৈনূংদা চংখি। হৌজিক্তি কুয়োমগী অহোবা মচিল অদু অপাকপা মমাযনা খুমজিনখ্রে।

মথক্তা নখোয়না থেংনখিবগুম থবোই অসি মালিগী য়েক্লবনি। পাম্বীগী অকোয়বদা শুন্নু চাইদুনা মালিশিংনা মখোয়বু পাম্বীদা কাহন্দনবা হোৎনৈ।

নোংজুথাগী মতমদা থরোই উবা ফংগনি। মখোয়না চৎখিবা লম্বী মতুংইন্না থিববদি নখোয়না থরোই অমা উবা ফংবা য়াই। ফংদ্রবদি—অসুমতৌনা লাং অমা শেম্মুং উনা অপুম্বা অমসুং কমলা মকুনচিংবা খোম-জিন্দুনা পুখি মপান্দা থম্মু। মথংগী নুমিত্তা মখোয়শিং অদুগী মখাদা থরোই লৈরম্বরা য়েংউ।

থরোইশিংগী মরীমতা য়াম্না লৈ। মখোয় অদু পুখ্রি, খোংবান, তুরেল অমসুং সমদ্রুনচিংবা মফমদা উবা ফংগনি। নখোয়না তুরেল খোঙবান্দা চৎপদা থেংনরুবা কুয়োম মখৈ খোমজিল্লু। নথক্খোংবশিংদা মখোয়গী মম্মিং হংউ।

থরোইশিংনা চৎলুরিবা মফম খুদিংমক্তগী অমুক হন্না হান্নগী লৈফমদা হল্লকপা ওন্মা হায়নে। মসি অচুম্বরা য়েংউ। থরোই অমগী মনঙ্গলদা নখোয়না খওগদবা দাগ অমা থম্লগা মচু নওনা হেক ওমলিবমখৈ লাপনা লংথ্রে।। অমুক হন্না হান্নগী মফমদা হঞ্জিল্লকপরা য়েংউ।

---

## তীম্থ্রোক্কী পুন্সি

লৈমায়থক্তা লৈরিবা অওকপা জীবশিং অসিগী মতৌগুম্না থোইন-হেন্না ওকনিঙাই ওইবদি লৈনুংদা লৈবা জীবশিংনি। ঐখোয়না লৈমায়থক্তা অথূবা, অশাংবা মখুল কয়ামরুম উবা ফংই। তীম্থ্রোকশিংনা মখুল অদুদা লৈ। তীম্থ্রোকশিংনা থোরক্লিবা মখুলদা অমুক হন্না চওখিদে। লৈনুংদা চওখিবা মতমদা অথোৎপা লৈপাক্তা য়াওরিবা চিঙ্গাকশিং অদু চাদুনা খরা খরা অসুম হুৎচিনখি। অসুমতৌনা মখোয়না লৈনুং চওখি।
লৈনুংদা লৈরিবা তীম্থ্রোকশিংনা মশামকপু য়েক্লবদগী কনন্নবা অতোপ্পা উপায় অমতা লৈতে। মরম অসিনা য়েক্নবশিংনা তুমলিঙৈগী মতমদা মখোয়না লৈমায়থক্তা থোরকই। নুমিদাংগী মতমদা তীম্থ্রোকশিংনা




মতৌ কবমতৌনা তীম্হোক্‌শিংনা হিংই

লৈনুংদগী থোরক্তুনা উনা-শীংনা অকংবা চায়। অঙনবা অয়ুক্তা য়াম্না থুনা লৈনুংদা চংশিনখি। করিগুম্বদা মখোয়না থীস্থখিবা থোক্লবদি ঙন্না চাকতাবী উচেকশিংনা মখোয়বু চাথোকখিবা য়াই। লৈমায়থক্তা লৈরিবা অপিকপা লৈকুপ চবুল অদু তীন্থোক্ মথীনি। মখোয়শিং অসি তীন্থোকশিংনা থোরক্তুনা মচিঞ্জাক চারম্মী হায়বগী খুদমনি। চাশ্লিবা চিঞ্জাকশিংনা তীন্থোক্কী মশা মনুং ফাওদুনা চঙখ্রগ্রা মথী ওন্দুনা থোরকই।

অয়ুক নুংথিলগী মতমদা তীন্থোকশিংনা মকোন্দা লৈ। মফম অদুদা মপুক লামলক্লবা মতমদা চাননবা মখোয়না উনা অকংবা চেনশিন্দুনা থম্মী। অয়ুক নুংথিলগী মতমদা তাবা অকনবা নোংনা মখোয়গী মকোল্ থুগাইখিবা য়াই। অসুম তৌবা মতমদা উচেকশিংনা য়াম্না হরাওই। তীন্থোকশিংবু ফাদুনা চাথোকই। নোংজুথাদা কোলাস তৈবা সডক্তা চৎলিবা তীন্থোকশিং অদু মরায়বক থীরবনি। কোলাস মথক্তদি মখোয়না ইরায়-লায়না হুৎচিনখিবা য়াবা লৈপাক লৈতে। মরম অসিনা মখোয়বু মীনা নেথৎলি, গাড়ীনা তকই।

তীন্থোক্কী মশা কুপশিল্লিবা অচোৎপা অনানবা অউন অদু থ্বাইদগী হেন্না মরুওইবা শরূকনি। মখোয়শিং অদুগী পাম্বৈনা তীন্থোকশিংনা নুংশা শ্বর হোল্লি

শোকপা খণ্ডই। অহীং নুংথিলগী খেন্নবসু তীম্ব্রোক্কী নাল্লবা মউনশিং অসিনা খণ্ডবা ঙম্মী। তীম্ব্রোক্কী মশাদা অনগ্না অতেনবা মতু কয়ামরুম্ পাল্লি। মখোয়শিং অদুগী মতেংনা মখোয়না লৈমাইথক্তা অমসুং লৈনুংদা চিংদুনা চিংদুনা চৎলি। ইতৎতভ্তনা তীম্ব্রোকশিংনা লৈমায়থক্তা মচিল থিন্গত্তূনা মচিঞ্জাক্ চায়। তীম্ব্রোকশিংনা কৈদৌঙৈদসু নিংবা কায়বা তৌদে। ঈশ্বরনা মখোয়গী মকোক অমা পালহনবীরম্মী।



মিংশেল থাহ্না
চাওথোকহল্লবা
তীম্ব্রোক্কী মশা

তীম্ব্রোক্কী মশাদা য়াম্না ঙাংশিনবা মচুগী শরূক খব য়াওরি। মখোয় অদু মঙকনি। ঐখোয়না ফরিৎ লোথোকপগী মতৌগুম মঙক মনুংদা মখোয়গী মকোক অদু চিংশিনখিবা য়াই। তীম্ব্রোকশিংনা মচা পোকই। তীম্ব্রোক মচাশিংনা মতোমতা হিংজবা ঙম্মী।

ইংখোলদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলিবা তীম্ব্রোকশিং অদু মখোয়না উরমলগনি। মখোয়না মখুল্ হুত্তোক হুৎচিন তৌবদা লৈপাক অদু তৌথোকই। তীম্ব্রোকশিংনা হুৎলিবা

মখুলশিং অসিনা পাম্বীশিংগী মতেং পাংলমদ্রবদি ইং-খোলদা হৌরিবা অয়াম্বা পাম্বীশিং অসি শিরম্লগদবনি। মালিশিংনা মহৌশা লাইরেম্বীনা শেম্বীরম্বা পিকলবা জীবশিং অসিগী মতেং ফংলি।

নোংজুথাদা তীম্ব্রোক মথী অমসুং মখূল থিযূ। নখোয়না তীম্ব্রোক্ অমা উবা মতমদা মমৈ অমসুং মকোক্কী খেন্নবা অদু খঙবা ঙম্বরা য়েংউ। মঙক্শম্ অদু নমান্নব-শিংদা তাক্পাযূ।

তীম্ব্রোক্ মকোল শাউঃ

পাত্র অমা লৌরো। পত্র অদুগী মনুংদা কাখল্ নাইনা লৈঙোই অমসুং লৈখোম্ হাপ্লু। মথংগী কাখল্ হাপকৎত্রিঙৈগী মমাঙদা হান্নগী কাখলদু লৈতেম্ মান্নহল্লূ।


লিকৃলিদা তীম্ব্রোক্ মকোল্ শাবা

হৌজিক্তি পাত্র অদু চেনা খুমজিল্লগা অমম্বা মফমদা থম্মু। মুংশিং চংনবগীদমক পাত্র খুমজিল্লিবা চে অদুদা অকুপ্পা মখুল কয়ামরুম হুৎলু। নঙগী তীম্ব্রোক মকোলনা-মতৌ করমতৌনা তীম্ব্রোকশিংনা লৈনুং-দা লৈবগে হায়বা অদু নঙোনদা উৎপা ঙম্গনি।

## শায়োক্‌শংগী পাম্নরবা

শায়োক্‌শঙদা লৈরিবা য়োংশিংবু কনানা য়েংনিংদবা য়াওবগে ? যোং থম্‌লিবা শারংশিং অদু মতমলৈব-খিবিক্তা মীয়াম্না ইকোয কোশিল্লি। মখোয়গী মনাক্‌ নকশিল্লুগন্থু; খুদোংথিগনি— মরমদি শারংদা লৈবা যোংশিংনা নখোযগী নখুৎ চিকলকপা য়াই। হৌক কাইনদুনা লৈরবস্থু, মচাশিংবু মখোম পীথকলবস্থু, খৎনররবস্থু নত্রগা মচিঞ্জাক চারবস্থু যোংশিংনা মতম-লৈখিবিক্তা ঐখোযবু হুংঙাইহল্লি।

য়োংশিংবু উবা ফংগদবা মফম অসি শায়োকশঙ-দতা নত্তে। অবাপ্পা মফমদা চৎপদা মহৈ মরোং হৌবা লৌবুক্তা মখোয়শিং অসি উগনি। মখোয়না লৌমীশিংগী মহৈ মরোং মাঙহল্লি। জঙ্গলদা হৌরিবা উ পাম্বীশিংদা তোংদুনা লৈরিবা য়োংশিংশু নখোয়না উবা ফংগনি। ভারতবর্ষদা লৈবা সহর খরদি য়োংনা পিক্‌ থল্লি। মফম অদুদা মখোয় অসি থোনা য়াম্না কৈ। অয়াম্বা মতমদা য়োংশিংনা মীগী মাঙনবা তৌই। মখোয়না ঈংখোল্‌ নৈথেকই লুকমাইদগী অচাপোৎ হুরাল্লি।

মাশিংনা নখোয়বু তাম্থোকনবা য়াম্না কন্না হোৎনৈ। তৌইগুম্বসুং মখোয়বু ইরায় লায়না তানথোকপা ঙমদে। লৈমাযথক্তা চৎলিবা যোংশু নখোয়না উরম-লগনি। যোংগী মখুৎ মবি পাল্লি। মখোযশিং দদু ঐখোয়গী খুৎকা মান্নে। মখোয গী খুৎশিং অদু পোৎ হেকপা, খূনগৎপা অমসুং পাযবগী থবক্তা যান্না বান্নে।



উথক্তা ফম্লিবা য়োং

লৈমায়থক্তা মখোয়না চৎপা য়েংবা নুংঙাইতে। তৌই-গুম্বসুং উথক্তা চৎপা মতমদা মখোয়শিং অদু য়েংউ। কয়া নিংঙাইদনা মখোয়না উশা অমদগী অমা তম্না চোংশিল্লিবনো! অয়াম্বা মতমদা য়োংশিংনা উথক্তা লৈ। মফুম অদুদা মখোয় য়াম্না নুংঙাই। য়োংশিং অসি ঈরোয়বসু য়াম্না হৈ। অচৌ অচৌবা তুরেলশিংবু য়াম্না লায়না ঈরোয়ই্নো লাল্লি।

হৈনথ্রবা হুরান্‌বগী লমচৎ অসিনা য়োংশিংগী মিংচৎ থীহল্লি। মফম খুদিংমক্তা লৈরমলিবা মহৈ মরোংশিংবু মখোয়না মপুংফানা মাংহননবা হোৎনৈ। উশা থক্তা নিল খোংদুনা মখোয়না উহৈ ব্লাহৈশিংবু ফংহৌরোইদবগুম্ লাকনৈ। যোং মখল খবদি চাশিনখ্রিবা চিঙ্ঙাক অত্থ মখোদা তুংশিন্দুনা থম্বা ওন্মী। পোথাবা মতমদা মখোযনা মত্থ চায়।

জঙ্গলদা য়োংশিংনা অতৈ অতোপ্পা জীবশিংগা লোযননা ঈংনা লৈ। অচৌবা লীলশিংনা য়োংশিংবু চাবা পান্মী। তম্মাথিরবা লীলনা য়েৎশিনথ্রবা যোংশিংনা বৈদৌঙৈদসু নানথোকতুনা চেন খিবা ওমদে। ঈশিংদা লৈবা গুমভীবশিংসু য়োং চায। যোংশিংনা খরাইদগী হেন্না কিবা য়েক্লবদি



উশাদা যাল্লিবা যোং

কবোকৈনি। ইখঙ খঙহৌদনা ঙংলবপা ববোকৈগী খোঞ্জেল তাবদা য়োংশিংনা কায়দুনা চেল্লি। হৌদোংগুম্না উ-কাবা ঙম্বা কবোকৈনা করিগুম্বদা যোং অমনু তান্নদুনা ফাহৌবা ঙম্মী।

য়োংশিংনা য়াম্না লাপনা উবা ঙম্মী। মখোয়না অয়াম্বা মতমদা য়েক্লবশিংদগী লোৎলি। করিগুম্বদা য়োংশিংগী মরক্তা অমনা খুদোংথীবগী খুদম পিরক্লবদি মখোয়না য়াম্না থূনা উশা অমদগী অমা তান্না চোংদুনা চেনখি। য়োং হৌরদি য়াম্না তম্থি। যেক্লবশিংগা ওনশিন্নদুনা মায়োকনৈ। অযাম্বা মতমদ যোংশিংনা পূনশিন্দুনা য়েক্লবশিংগা লান থেংনৈ। লান্দা অগোকপশিংগী মতেং পাংই-মচাশিংবু কনন্নবা হোৎনৈ।




লোইববা

